ꯂꯨꯍꯣꯡꯕꯒꯤ ꯄꯣꯠꯄꯥꯡ

# লুহোংবগী পোৎপাং

এম. শান্তিকুমার



এম এস পব্লিকেসন
পাউনা বাজার, ইম্ফাল
২০০৮

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী অহানবা ফোঙজরিবা *লুহোংবগী পোৎপাং* ৱারীমচা খরগী লাইরিক অসি সাহিত্যবু নুংশিবীবশিংগী মফমদা শিন্নজরি। অরান-অহুই ঙাকপীগনি।

লাইরিক অসি তামো ব্রজমনি (বী এম মাইস্নাম্বা) না তকশিনবীবদগী ফোঙবা ঙমজবনি।

লাইরিক অসিগী প্রুফ য়েংবিখিবা ডাক্তর নোংমাইথেম তোম্বী, ওঝাবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইরিক নম্বগী অচৌবা থৌদাং নৌবিখিবা পোপ্যুলর প্রেসকী ওঝা থিংবাইজম লোলিতো অমদি প্রেস অসিগী ইটান-ইনাও পুম্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল ১০/৬/২০০৮ অইবা

# য়াওরিবশিং

# থম্মোয়গী মৈরী

বসন্ত অমসুং ইবেমপীশক লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নরকই। পীশক পীক্লিঙৈদগী মবুং মচলগুম্না যাম্না নুংশি চান্নলা লোযনরকই। মখোয অনীমক অঙাং ওইরম্বদগী চাউরক্কুনা পাখঙ লৈশাবী মপুঙ ফারক্লে। বসন্ত অমসুং ইবেমপীশক পাখঙ লৈশাবীগী পৃন্সিদা, নুংশি ঈচেং অমত্তদা চেক্সমিন্নরক্কুনা নুংশি রাইথুংনরে। লুহোংবসু কুইদ্রি। লাইরৈ নংতৈ খত্তনবসু পৃন্সিগী শাংলবা লম্বীগী অবা নুংঙাই পন্নমক মখোয অনীমক শরুক যামিন্নসি হাযদুনা শেম শাদুনা লৈ। অদুবু যুম পাল্লবা হাযবদু ওইবর্বনিনা বসন্তবু অঙাং ওইরিঙৈদগী লেম্না পীজরকপা মমা লুখ্রাবীনা খিল্লম্বা চাক্লক্তো চাবা লোইখ্রে হাযবা তাই। মশা মতোমতসু নত্তে। মীগী মচা অমসু যাওবি। মহাক্লা থাকপা তাই। ইকায় হাযদুনা চাদবদি যাদে অদুনা করি তৌসিগে তানৈ মখোয অনী। লাইবিক্তি হৈবগা থবক ফংদবগী যুগসিদা বিঃএঃ পাস তৌববসু কান্নদে। ইম্ফালদা চন্নবীদে, মখোয়গুম্বশিংগী মফম লৈতে।

লুহোংবা মতুং থা অনীবোমদু চেন-চোংদুনা, থবক থি হুমদুনা ফনা কন্না হোৎনরম্মী। মখোয় অনীগী অব্রাবদু উবদা খাঙবা ঙমদ্রমাল্লে, নোংদম্বনা... বসন্তসু ওঝা ওইনবা খুদোংচাবা অমথক পীবীরক্লে। বসন্তসু তাঞ্জা

নাম্থোকহন্নিংদে, ইবেমপীশক্না মখোয় অনী খন্নে, কমদৌসিগে তান্নে।

বসন্তনা হায়বকই, "কান্নপোৎ নত্তে, থোক্ক-থোক্কবা লাক্কনি। মতম খরা ঐ ওঝা ওইরুগে।"

ইবেমপীশক উপায় লৈতে, হৈনিংফাৎতনা খুমজৈ, "হোয়দা মতম খরা চীংদা লৈকরগা অমুক লাকপা হায়বদ্দনি।"

অসুম্না লুহোংবা মতুং থা অনীদা ঙাইরিবা বসন্তনা মাগী নুপীদু থাদোক্লগা চীংদা ওঝা ওইবা চৎখ্রে। ইবেমপীশক নুংঙাইহৌদে, কৈদৌঙৈ অমুক লাক্কনিসু হংহৌদে।

বসন্তনা চৎখিবা নুমিৎওগী নোংঙাল্লগা মথংগী অয়ুক্তা অবাংগী তা চাউবদু মখূত্তা খবর অমা পায়রদুনা লাকই, ইবেমপীশক্কী মনাক্তা চঙলক্লগা, "ইবেপীশক,খবরসি পাউ" হায়রগা খবরদু লৈবাক্তা থাদবম্লে, ব্রা লান ইঙাঙ ঙাঙলমদনা তূমিন্না অদুম চৰ্মদ্রিং চৎখি।

ইবেমপীশক্না খলহৌই, খবর পাবগা কৈদৌনদৌবিবনো, ব্রাদি ঙাঙদে। ইবেমপীশক্কী রাখলদি ঙরাং চৎখ্রিবা মপুবোইবগী মতুং ইন্নখ্রি। ইমুঙগী থবক থনা লোইশিল্লবা মতুংদা চঙশিন্দুনা খবরদু খুনগৎলগা যেংলুই। অহানবা লামাযদুদা অচৌবা ময়েক্লা ইদুনা লৈবম্মী, "ঙবাং উখুল যৌরমদাইগী লানফম"। মমিংদুনা ইবেমপীশক্কী পুক্নিং চিংশিলহল্লি, মখা জব-জব পাথবকই। উখুল যৌবমদাইগী লানফমদুদা ইম্ফালদগী বস তোংদুনা সোমদালদা ওঝা ওইনবা চৎপা মৈতৈ মচা মরিগী মনুংদা অহুম (১) ইবোম তোম্বা সিংহ (২) মাইরেনবম অচৌ সিংহ (৩) খুলেম অমুগী অশিবা মশাদি ফংলে। অদুগা মোইবাংথেম বসন্তগী অশিবা মশাদি ফংদ্রি।

মতাংঙসিদা ইবেমপীশক খবর পাবা লেপখ্রে। মশাদা শ্বর হোল্লিব্রা হোন্দ্রব্রা খঙখিদ্রে। তাইবঙ পানবা পূম্নমক পূন্মম-মমখ্রে। ইবেমপীশক্না হেক উরিবা হায়ববু বসন্তগী অশিবা মশানা মমাঙদা তাদুনা লৈবদুনি। মহাক উংজান্দুনা অদুম লৈখ্রে।

মসিদি নুংশিবগীদা ওইবা মহৌশাগী ৱায়েলনি। ইবেমপীশক্না লৌশিং লাকপা মতমদদি শোরাৎ লোইরম্লে। অদুবু মাগী থম্মোয় অমদি পূক্নিং ৱাখলদদি শোরাৎ লোইখ্রে হায়বদু য়ানীংদ্রি। অদুনা মাগী ৱাখলনা থম্মোয়দা তত্তনা হংলি, "তারিবসিবু মঙলা, তৌরিবসিবু চান্নমক্কীরা...?"

অদুম ওইনমক, খুন্নাইগী মমাঙদদি ৱাখলগী ৱাহংনা ৱাখলদা, থম্মোয়গী পাউখুম্না থম্মোয়দা, হন্ন-হন্না য়ৈবন্নগা মফম-মফমদা হঞ্জিন্নখি। মরমদি মীওইবা হায়বসি মফমগী, মতমগী মখা পোনবা, খুন্নাই ফুরুপ কাঙলুপ লিংদুনা পান্নবা থৱায় পানবনি। মসিনা মরম ওইবগা থম্মোয়না মফম, মতমগী লাংদগী খক নাম্ভোকপা ঙমদে।

হৌখিসনু, খাম্বা য়াদবা মতম ! তুংদুনা অসুম লৈবীয়ু য়াদবা নীংশিংবা অমদি থিংবা য়াদবা অকাউবা। মখোয় ময়ামসিনা তান্নদুনা ইবেমপীশকসু ঙসিদি মায়থোঙ মকা লামহল্লি।

ঙসিদগী চহী অনী মখায়রোমগী মতুংসিদা ইবেমপীশক্না ময়ূম হেক পাল্লকপদগী শকখঙনরক্কবা ফৌশু শঙ অদুদা মমাঙঙৈগুম ফৌ শুগে তৌরি। খঙহৌদনা ইবেমপীশক্না নোংক্লিংবা থম্মোয়গী শউম অমা ফাওই। ৱাখলনা নুংঙাইথোক্কে হোৎনকরবসু মপৃক্লিংদ মতোমতা লাঙতক্লে, "কবিনো অসুম্না তৌরিবসিবু ? অসুম্না তৌবসি ঐঙোন্দা অফবা কয়া ওইগন্দে।"

অসুম্না খন্দুনা মমায লূকথদুনা মখুত্তা পায়বিবা শুক্তা ঙাশিন্দুনা থম্মোয় মৈচাক খাঙবগুম ৱাখলনা মহাকপু খূদুম চন্সিনখিদুনা লেঙ ওৎপা ঙমদবগুম লৈবি। মওন-মওন, মখল মখলনি, লোইবা নাইদে। অমুকসু খল্লি, "খঙহৌদবা মিকুপ্তা কবি ইরাল লৈখিবনা ঈশ্বরনা চৈবাকসি পীবীরিবনো? অসিগুম্বা পৃন্সিগী খোঙথাংসিদা কদোমদগী হৌখ্রবা ৱাখল ময়াম অসিনা ঐবু ওৎলরিবসিবু..., খলহৈদ্রবা ঙাক্তা খল্লুবিবসিবু। লাইবক্না তন্নম্ববু ঐনা ককপা ঙম্না? মরায়বক থীবকপদগী মহাক নোঙ্গাখ্রে, মসিবু ঐনা থোকহল্লিব্রা...!"

অসুম্না ইবেমপীশক্না লোইনাইদ্রবা ৱাখলগী ইরোলনুংদা লূপ্তুনা

লৈরিঙৈসিদা, মহাক্না মতম অমদা য়াম্না খৌরাংনা ঙাইজখিবা... মদু তাবগী মঙোন্দা খক অপেনবা পোকখিদ্রবা, মানসু মুন্না খঙবা খোঞ্জেল অমনা... লৈতঙগাইরক্কী লৈপাক্লেগুম কালেন নুংশা খাঙবা ব্রারম্লগনি, উরুম লাংহল্লগে মতাগুম তারকই।

"ঐ লাক্লে... সে পোৎসি লৌশিল্লো লাউ...!"

ইবেমপীশক খোঞ্জেলদুদা নোঙ খাকপগুম খংখ্রে। ব্রাখলদা নোংথাঙ কূপখ্রে, মশাসু, থম্মোযসু, পূক্লিংসু তনীক-তনীকখ্রে। অদুবু উনীংলিবা মমিৎ অনীদুনদি পূক্লিং ব্রাখলগী ফিভম খঙবীদনা থম্মোয়গী ফিরেপসু য়েংবীদনা, খোঞ্জেলনা লাকপা মাযকৈ তম্লকখি।

মহাক্কী শক্তম হোংলমদ্রি। মিৎয়েং কাবাম চাউবসু তোক্লমদ্রি। খোযরুম মোমোন্নবসু ওল্লমদ্রি, মহাক শিরমদ্রি, মহাক শুকসি শিবমদ্রি ! মহাক চঠী অনী চুপ্পা মীফা ওইরুই। চঙখোনবা নুপানি। লালহৌলুপ অমনা মাবু মরম কয়ামুক্তা শির্জিন্নকই। অদুবু ইবেমপীশক্তি নীংশিংবগী পাম্লেনা লাম্বা ফংদনা বসন্তদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈবি।

মথংগী মিক্‌প্তা ইমুগুদগী মচাগী খোঞ্জেল তারদুনা তহা-তহা খোবক্লিবী মমানা হায়নরুখি, "ইমাগী ইবুংঙো, মঙোন্দা হাযবীরুবনু... মহাক্তি নঙগী অবাং তা চাউবগী ওইখ্রবনি! লাকও-লাকও ইমা লৌশিনবীবগে... লাকও...!"

# য়েত্তুম মচিন্দগী

লম্ফেলদনি। লম্ফেলগী বিমস হোস্পিটাল মেডিসিন ৱার্ডকী তরু তনাল্লবা ফমুং অমদা সুরেস হিপতুনা লৈরম্মী। কা অদুদা রোমেস চঙলকই, ফম্মাংদা চপ লেপলে।

— তামো সুরেস ! হকচাংদু যাম্না চোকখনা উবে। ঙাইহাক ঙাইহাকসু পোত্থাবা ফৈকো, হকচাং খবা নাগন্দে হায়দুনা মীয়ামগী সেবাদা নোংচোৎপা, নুংশা শাবা খঙদবা মখৈ পঙচত্তা চত্তুনা নোম্লসি খবা হল্লবা ফৈ, তুংদা হকচাং শোক্লক্লনি।

— চুম্মী, রোমেস, অদুবু নঙ ঐনা তৌদ্রগনি কনানদি তৌবীগনি। ফরে, মসি ৱাসি তোকখিসি, মথংগী এৱ্যাবনেস প্রোগামদি কদায়দা তৌগদৌরি ?

— মদু ডাক্তরগা তানবনা ফরোইদ্রা ?

— ডাক্তরগসু তান্নগনি, ঐখোয় অনীসু হান্না খন্নখিসি হায়বনি। মখোয়দি নহারোলশিংদুগী মওং মতৌদু থোইনা খঙলল্লোই।

মণিপুরদা ঐইদস হায়বা লায়না শন্দোক্তনবা, য়াম্না কন্না হোৎনবিবা সোসিয়েল ৱার্করশিংগী মনুংদা সুরেসসু মমিং চৎলবা ঐইদস এৱারনেস

এক্সিভিটীনি। লৰ্মাসিদা মহাকপু খঙদবা কনাসু লৈবল্লোই। মহাক্কী হোৎনবগী মপান্না মীওই কয়াগী পুন্সিবু অফবা মায়কৈদা লমজীংথ্রবনি। মহাক এম:এ: দা ফাষ্ট ক্লাসতা ফাষ্ট ফংখিৰনি। অদুবু লায়রবা ইমুঙদা নাইতোম পোক্লবসু সরকারগী থবক অমা চঙনবগী পৈশা লৈতে, উপায় লৈতে; মরমদি গ্রেজুয়েট পোষ্টা লুপা লাক্ষ তবানি। মরম অদুনা থবক লৈতনা অসুম পঙলৈদ লৈবদুসু মমান্নবশিংনা ইকায় খুম্নবীখিদে। মীয়ামগী থবকসিদা ৱাখল থাদদুনা মীরক তিন্নবা হোৎনবা তারকপনি। সুরেসনা মীয়ামগী থবক ওইনা মালেমসিদা অকীবগী মশক ওইরবা, ঙসি ফাওবদা তমথিবদ্রা মহীক এইচ: আই: ভি: (হ্যুমেন ইম্মুনো ডিফিসিয়েন্সি ভাইরস) অসিবু হাৎপা নৎত্রগা মাঙহনবা ঙম্নবা হীদাক পুথোকপা ঙমদ্রিবা, ইশানা চোকশিন থৌরাং লৌখৎচববদি ইরাই লাইনা শন্দোকহনদবা অমদি লৌনবা থিংবা য়াবা লায়নাসি (শন্দোকপা) থিংনবগী খোংজঙসিদা মাঙজিল থানা চঙশিন্দুনা পুন্সি লেল্লকখিবনি। সুরেস ময়ামগী থবক্লা লাকহক্কুনা নোংজু নোংশা খঙদনা চেল্লুবদগী অহানবদদি চুম্নগী লোক থুংবনি, করিসু তৌরোই, মরায়না ফজখিনি খন্দুনা এইদসকী প্রোগামশিংদা নাববসু নানা, থবক নমচেন-নমচেন চেন্সিল্লুবদগী চাবা থকপগী মতম নাইরক্তবা, অয়াম্বা নুমিৎশিংদা চবা হেল্লগা চা থকচিন্দুনা লেল্লকপদগী মশা তোপ তুনা নাশিল্লক্কুনা হোস্পিটালদা পুখৎলক্কুনা মিং চল্লে, কম্মুং অমদা চীপ্লগা সুরেসনা হৌথ্রবা পুন্সিগী থৌদোক কয়া অদু অমমমতা ওইনা চীথদনা নীংশিংনবা হোৎনখি। ফনা কন্না নীংশিংনবা হোৎনরবসু মক ওইবা খরা নীংশিংবা নত্তনা অতৈদি লোইনা নীংশিংবা ঙম্বা নত্তে। অদুম চীথহৌবা তাবনি। মসি হৌনশানি। লোয়শিল্লকপদা মতোমতা অমুক খঙ্গজরকই, "কবি লায়নানো এঙোন্দা নারিবসিবু!"

সুবেস মশা মউ ফবা, তিঙ্গেন লাইচেন্দনা হৌরকখিবনি। নোংমতা মকোক ফাওবা চীকপা খঙলক্তবনি। লাযনাসি শন্দোকহন্দনবা ডাক্তরশিংনা পীবা পাউতাকশিং, ওক্তবীগী মনাক্তা চত্তবা, হীদাক কাপ্পগী সিরিঞ্জ পুন্দবা অসিনচিংবা মহাক্না মীয়ামগীদমক শন্দোক্লিবনি। মীয়াম্না থাজনবগীদমক পাউতাকশিংদু মশানা

ঙাক্কুনা চৎলগা, মশামক খূদম অমা ওইহল্লিবনি। সুরেস য়ূম পানবগী মতম হেন্দোক্কবা ফাওবদা য়ূম পান্দনা লৈরিবনি। মশা মউ ফবা, শেংবা অমসুং লমচৎ ফজবসিনা ডাক্তরশিংনা ফাওবা থাগৎ ৱাহৈ কয়া পীরিবনি। সুরেস মশানা তৌখিবা থবক পূম্নমক নীংশিংদুনা হোস্পিটালগী ফমুং মথক্তা লোংনা হীপুনা লৈরি। অমুকসু খল্লকই, "ঐনা তূম্বা চাবা চাং নাইদবনা ঐগী হকচাংগী ইম্যুন সিষ্টেমশিংসি য়াম্না হম্থহল্লবোইরে। মতুংদদি খবা নীংথিনা চা-থকপা তারে।"

সুরেসনা মশাগা মাগী ৱাখলগা ৱারী কন্না শান্নরিঙৈগী তাঞ্জাসিদা ডাক্তর মহেসনা কৌরকই।

— সুরেস, ঐ য়েংগেসে, করিসু খল্লুনু।

সুবেসকী মশাদা খুৎলাই থাদুনা ডাক্তর মহেসনা য়াম্না মুন্না কৃপথনা য়েংলি। অদুগা হায়বকই, "থোইদোকপা নুংশা থীনিংঙাই ওইদে, করিসু তৌরোই।"

— সুরেস, হীদাক মহীসি থকউ, হকচাং তেখৎনবনি।

ডাক্তরনা সুরেসপু ফমুংদগী শৌগৎপীদুনা ফমহল্লগা হীদাক্কু মখুৎনা ইনবীদুনা পীথকপীবম্মী।

ডাক্তরশিংনা অনার্বশিংবু অসুন্না তৌবসি অনাবা পূম্নমক্তা পঙতৌ তৌনবা নত্তে, মসিনা সুবেসপু থম্মোয় চাউখৎহল্লি। ডাক্তর মহেসনা মখা তারকই।

— নহাক নশা তীক-তীক লাউনা লৈরম্বা নুপানি, হকচাংগী অরুম্বা হম্বুর্বসি সুগর হেল্লবসু তৌই, চাসু হন্দক মরকসি শরা হেন্না থকপ্রে, সুগরগী চাংসু য়েংলগা অতৈ অতৈসু কবি য়া ওবগে যেংসি; ব্লদ টেষ্ট অমুক্তা তৌথোকসি।

— ফনি ডাক্তব।

— সিষ্টব, থৌরাং তৌবিবো। অদুগা সুরেস, নহাক মমাঙদা ব্লদ টেষ্ট কয়ারক তৌগ্লবগে?

— ডাক্তর, অঙাং ওইরিঙৈদা অমুক তৌখি, মদুদগী ঙসি ফাওবা তৌদ্রি।

— সুরেস, চৎপা ঙল্লি, কয়াৎশিং নীংথিনা লেঙ ওৎপা ঙল্লি করিসু তৌদ্রি, করিসু তৌরম্লোই হায়দুনা হকচাংবু মতম-মতমগী ফিভম য়েংথোক্তবসি ফত্তে,

ব্লদ টেষ্ট তৌবা, ঈ সি জি, অলট্রা সাওন্দনচিংবা য়াওনা চহী চহীগী য়েংথোকপা ফৈ। হকচাংগীদমক চোকশিন্দবসি ঐখোয় ইশাগী খ্বায়দগী হেন্না শাথিরবা অশোনবনি।

— অচুম্বনি, ডাক্তর।

— সিষ্টর, লোয়বীরবদি লেবোরেটবিদা পুবিরল্লো, ঐসু লাক্লগে। অসুগা, সুরেস ঙাইহক্তং পোথারম্মু, ঐ ব্লদ টেষ্টকী রিজল্ট অদু পুরগা অমুক লাক্লে, করিসু খল্লুনু, ঐখোয় ময়াম লৈরি। ফত্তবা করিসু লৈরল্লোই, ইচম-চম্বা অনাবা 'ফ্লু' গুম্বা অমা ওইরমগনি, ঐ চৎলুখিগে।

ডাক্তর সাহেব চৎখ্রে। সুরেসসু ব্রাষৈশিং অদুনা খরদি নুংঙাবা ফাওরে। অমরোমদা মহাক য়াম্না নুংঙাইজদে। প্রোগাম তৌরিঙৈদা মীয়াম মমাঙদা মশা লেকথবকখিবদো তশেংনা নুংঙাইখিদে। অসুম্না তৌরক্কনি হায়বসি থাজদবনি, অদুবু থাজদবদু থাজদনা থোকখ্রে। ডাক্তরনা হায়রম্বা, হন্দক্তি হকচাংগী ফিভম য়েংদবা, চোকশিন্দবা য়াদে হায়দুনা খঙ্গে। তাঞ্জাসিদা মহাক্কা এরাবনেস প্রোগামদা তোযনা লোয়নবীবা মনাউগুম্না, বোমেস মহাক্কী মনাক্তা চঙলক্কম্মী। মহাক হেক উবদা সুরেসকী রাখলদু প্রোগামলোমদা চঙখ্রে।

-- বোমেস, প্রোগাম লোইবববা কমদৌই'

— লোযরে, ময়াম্না যাম্না থাগৎনৈ, এরাবনেস প্রোগাম য়াওবা ময়ামদুনা ডাক্তরশিংগী অর্মাদি ঐখোযগী পূক্লিং যাম্না থৌগৎখি।

— গুদ, নঙ হৌজিক কবি খল্লি'?

-- তামোগী অনাবসিগী ফিভম কবিনো হায়বসি খঙনীংই। ঐখোয়না তৌজারবসিগী মকদি তামোনিদো।

--ডাক্তর মহেস লাক্লগা খঙলগনি, মহাক্লা য়েংলি, লাইবক ফৈ।

—এ, তামো লাকপু লাক্লে, ডাক্তর মহেসতি।

ডাক্তর মহেস য়াম্না মোঙ-হাদনা চঙলকই, রোমেসতা য়েংলগা তপ্না হায়, "অনাবসি নারে হায়বসিমদি শোয়দ্রে, অদুবু থোইনা লুবা লায়নাদি নত্তে।"

ডাক্তরগী ৱাহৈসি তারগা, তারিবা অনীদু মখা তানা তানীংবনা না থাঙ্ক্তুনা ঙাইরিঙৈ তাঙ্গাসিদা ষ্টাফ নর্স সিষ্টরদু প্রপ-প্রপ চঙলক্লগা হায়রৈ,

— ডাক্তর সোমদা অমুক্তা লেঙথোকপীরকউ।

— এক্সকিউজ মি! ডাক্তব মহেসনা ৱাহৈসি হায়রম্লগ কা অদুদগী মপান থোকখ্রে। সুবেস অমদি বোমেস মখা তানীংবনা তিঙক-তিঙক য়েংনদুনা ৱা অমত্তা ঙাঙনদনা লৈরি।

পৃংখায় অমরোমগী মতুংদা ডাক্তর মহেস অমুক হন্না সুরেস লৈবিবা কা অদুদা চঙলক্লম্মী।

"রোমেসসু চৎলমদ্রি," ডাক্তর মহেসনা মমায় লূকথরপ তৌনা হায়বকই, "খঙদ্রেদা তৌরিসে, ভাই সুরেস, নহাক্কা নহাক্কী পৃঙ্গিদা করি তৌখিবগে হাযবদু নীংশিংজরো। সেক্স এন্দ ব্লদ ট্রান্সমিসন্না শন্দোকপা লায়নাদুগী মহীক ঐইচঃ আইঃ ভিঃ গী সিমতোম ফংলে, নহাক্কী ব্লদ টেষ্ট রিপোর্ট্টা।"

ডাক্তর মহেসকী ৱাহৈসি তাবদা সুরেস অমসুং রোমেস ৱাখলগী নোংমদোলদা নোংথাঙ কৃপখি। অমম্বগী লম্বেলদা লৈখ্রবা পৃঙ্গিগী খোঙচৎ থিবগা পাঙ্খক ওইখি।

সুবেসকী মচিন্দগী, "ঐইদস-ঐইদস... করম্না ?"

— মদুগী পাউখুম্মদি ঐখোযগী নত্তে ! সুরেস নহাক্কীনি।

ডাক্তর মহেসনা মপৃক্কিংদা মথন্ত খল্লি, "মীয়ামদা ঐইদস লায়না ঙাকথোক্লবা হোৎনরিবা নহাকসু শোয়দনা ওক্তবীগা মরী লৈনরমগনি অদুগা, নহাক্কা ঐইদস এক্টিভিষ্ট !"

ডাক্তর মহেসকী চিংনবা উৎপা মতৌসিনা সুবেসকী ৱাখল নোংমদোলদা অপাইবা লৈচিলগা উরু উরু লৈদুনা পাইরি।

ৱা অমত্তা ঙাঙনদনা কা মনুঙদা চেক মোম লাউদনা মিনিট তবারোম চীকনা লৈবে। সুরেস মমিৎ অনী চেজেংনা উইশিনখি। মহাক্কী হৌখিবা পৃঙ্গি লামায় ফাকপদা কাম্হোকখিবা লামায় অমগী মঙাল অমা মহাক্কী ৱাখলগী মিত্ত

কুফেৎ কাফেৎ উবগুম তৌবকই। মদুসু ময়েক শেংফাত্তনা লাকই। মূন্না খন্থরুরবা মতুংদা শেংফাৎলমদবদু ময়েক শেংলকই। সুরেসনা এমঃ এঃ পরীক্ষা থাবা চৎপা, নোংমা নুমিৎ অমদা, মহাক গাড়ী এক্সিডেন্ট থোক্কুনা গাড়ীদগী ওন্থরগা খোংবাল অমদা তাশিনবদগী শোকপা অমথক য়াওখি। মহাক্কী মনঙ্গলদা সিরিঞ্জ মচা অমদা য়াওরা য়েত্তুম অমা ওইরমদুনা থিনখিবগী থৌদোক্নি। অদুবু মহাক্তি পারীক্ষা নংলরোই হায়দুনা হোরে-তোবে চৎলগা পরীক্ষা থাকই। মহাক্কী মনঙ্গলদা সিরিঞ্জগী য়েত্তুম যৃখিবগী বাখল কাউথোকখিদুনা অসুম লৈথোকখি। মরমাদ সুরেসকী মশাদা মদুগী চৈনাখোল অমাদি অনাবা অমত্তা লৈখিদে। মতমদুদা, হায়বদি এক্সিডেন্ট থোকপা মতমদা, ডাক্তরশিংনসু থোইদোকপা অকায়বা ওইগনি হায়বগী থাজবা পীখিদে। সুরেসকী পুক্সিদা ঐইদস শন্দোরকপা যাবা লম্বী অমত্তস লৈত্রে, য়েত্তুম থিনখিবা অসিত্তনি।

পূন্নমকাস নাংশংলুবগা সুরেসনা খল্লকাখ, "সাবঞ্জ অদু হান্ননা এক্চং আউঃ ভিঃ চেল্লবশিংনা দগ কাপ্লন্নদগী হুন্দোক্লম্না কুইদ্রিবা ওইবম্না ত্তারে, ঐত্তাক মতম মদুদগী মহীকাস ঐগী হকচাংগী ঈদা লৈবরা ত্তাং ওইরে। ঐনা মতম চনা চোকাশলত্তৌদবদগী অমদি খঙ্ত্তৌদবদগী মহীকাসনা ঐগী হকচাংগী ইম্নুনাতশিংদি চাবকপা কুইরবোই। ঐ ইশানা মহীকাস য়োক্লুনা খল্লমলে।"

নাংশিংলুবদা ফংলবা মহাক্কী রিপোর্ট অঁাগ ডাক্তর মকেসত্তা অমত্তা চীথুদনা লিথোক্কবা মতুংদা, যাম্না নুংঙাইতদবা মথংদা, পেন্দবা বাখলগা লোয়নবা হায়রকই, "আই এম সোরী, ডাক্তর! ঐ ইশানা লায়না অসিগী মহীক অদু ইশাদা য়োক্তনা থনজনরে। ঐ তৌওক কাব তৌবা ত্তারি।"□

# নেশাগী ময়াই

ঙসিদি ইবেচাউবী যেনখোং অহানবদা ফমুংদগী ফুক থৌগৎলি। থোঙ হাংদোক্লুনা থোক্লকপদা মমলি-মমলি তৌরম্লী। শুমাঙ মতায়দা খিল্লিবা সিংথৈক্ল মথাদা চঙশিনখিদুনা মচীন ময়া শেংদোক্লি। অদুগা ইমুঙদা চঙলক্লুনা চেংথৌ চন্দ্রদগী চেংথৌ ঙবা থাইদোক্লগা ঈবং মাইথঙজবি। ইবোচাউবা মীকপ থোরকপদা মমাঙ থোং হাংদোক্লগা লৈবন্দু উবকই। ইবোচাউবা ফমুংদগী ফুক থৌগৎলি অদুগা মপাল থোক্লকই, থোংজিল ফুক য়ৌবদা, ইবেচাউবী ঈরুজবা লোইবদুনা লাকপগা মপা চানা থোংজিন্দা ইবোচাউবগা থেংনৈ। হোয় মাই অমত্তা হায়নদে। ইবেচাউবী ইমুঙদা প্রপ-প্রপ চঙখি। ইবোচাউবসু তৃমিন্না অদুম মপাল্লোমদা থোরকখি। অয়ুক্কী তৌগদবা মচীন-ময়া শেংবা লোইশিল্লে। অদুগা ইমুঙদা প্রপ-প্রপ চঙলকই। থোঙজিল য়ৌরকপগা, ইবেচাউবী চন্দন-চন্না ঙৌনা থিল্লগা বেগ অচৌবা অমা পায়রগা থোরকই। হোয় মাই হায়নদে, ইবেচাউবী চূর্মদ্রিং চৎখি, ইবোচাউবসু ইমুঙদা চঙখি। অদুগা ফমুংদা ঙেক ফমথরকই, শ্বর অমা শাংনা হোন্দোকই। ইবোচাউবা করি খল্লুরবনো খঙদে, ফমুংদা লোঙনা অমুক হীপথখি। ইবোচাউবা থম্মোয়দা করি-করি খল্লি, ঙাইহাক্কী

মতুংদগীদি ইবোচাউবা নিদ্রা দেবীনা মথাদা চেৎনা কোন্সিনবীখি। ঘরীগী কতাদি লেপ্পা লৈতনা চৎখিবনা অয়ুক্কী পুং ৮.৩০ রোম তারম্লগনি। মতমদুদা ইবোচাউবা মিকপ থোক্লকই, ফক হৌগৎলি অদুগা মপাল্লোমদা থোক্লকই। থোঙজিল হেক য়ৌবগা ইবেচাউবীনা পুখিবা বেগতু করি,কবিনো পীক থন্না হাপ্লগা চঙলকই। অদুদসু অমুক, থোংজিন্দা থেংনৈ, হন্দকসু হোয়-মাই হায়নদে। ইবেচাউবী ইমুঙলোমদা পরপ-পরপ চঙখি।

ইবোচাউবসু চর্মদ্রিং মপাল্লোমদা থোকখি। অসুম থোকখিবনা কোম্লোং লাম্লোকখিদুনা শবক অচৌবা য়ৌবে। অদুগা অসুম চৎখিদুনা মখা লৈকায়গী তোমচাখোয়গী কোম্লোংদা চপ লেপ্পুই। কোম্লোং হাংদোক্লুনা চঙখি। মতমদুদা তোমচা অরাং শঙ্গোইদা মার্গা অনৌবা লৈরুবা কাইনেটিক হোন্দা অদু শেংলদুনা লৈবম্মী। ইবোচাউবনা মকোক মরু ইফা ফানা চঙলক্লিবদু তোমচা উই, তোমচানা খল্লি, "তাদা ইবোচাউবসিবু করি তৌববনো, চঙলক্লিবা ফিভমসিবু ওম্লোক্লা য়েংনীংখিদ্রেদা।"

তোমচা ঊশিন্নদে, মাগী তৌগদবা থবক লেপ্পে। ইবোচাউবনা শুমাঙ মতোন ফাওবা চঙশিলক্লম্লগা করি খল্লুববনো খঙদে, কোম্লোংলোমদা অমুক প্রপ-প্রপ থোকখি। অসুম চৎখিবনা মখোয়গী কোম্লোং সৌবে। কোম্লোং ময়াদা হৌবিবা বোকুল পাম্বী মখোঙদা চঙশিল্লি। উদুদা ভাইহাক য়েংদুনা লৈরুই, অদুগা মখোঙদা তোংলিবা হরাই সেন্দলদু লৌখোক্লে, মদু থাবগা তপ্না কমথখি। কবি-কবিনো মচীন্দা মুরুম-মুরুম পংশোন্দা শোল্লি।

মতমদু অয়ুক্কী পুং ১০.৩০ রোম তারম্লনি। ইবোচাউবা ফক হৌগৎলি, কোম্লোং হাঙদোক্লুনা প্রপ-প্রপ চঙলকই। শুমাঙ য়ৌরকপদা ইবোচাউবগী মমিত্তা উবকই, ফৌশুশঙগী ফক্লাংদা ভাদুনা লৌববা, মাবু পোকপীরম্বা মপানা থম্বীরম্বা ইংলিস হম্বব, নুপা সাইকল অমনবদু! মনাক্তা মহাক চঙশিল্লি। সাইকলদু শুমাঙদা ইম্নোকই, অদুগা তরু-তরুনা শেংদোকই, মাঙ্গোল কাখৎলকই, থোঙজিল য়ৌরকপদা, ইবেচাউবীসু থেঙলে হায়দুনা কোম্পাক অমদা য়ুবী, লফোই, সেম,

চু, রসগুল্লা, কোম ক্বা, করি-কবিনো কোম্পাক্তা পীক থন্না হাপ্লগা লেংথোন্নরদুনা হোবে-হোবে থোক্লকই, থোংজিল কান্থোক্কে হেক তৌবগা. ইবোচাউবগা থেংনৈ, হোয় মাই হায়নদে, ইবেচাউবী প্রপ-প্রপ থোকর্খিদুনা শুমাঙ মযাইদা হৌরিবা বৃন্দাদেবী পাম্বী মখোঙদা কোম্পাক্তু থম্মী, অদুগা বৃন্দাদেবীবু খুকমজরে। খুরুম্বা লোইরগা কোম্পাক্তু মথম্তা, মকোক্তা থোনগৎচৈ। সেন্দল তোংশিল্লদুনা কোম্থোং তম্না চুমদ্রিং থোকখি। ইবোচাউবসু ইমুঙদা চুমদ্রিং চঙখি। চাকখুমদা মিৎয়েং থম্মী। চাক থোং থাকখিবগী মওং উবা ফংদে, থোবকই অদুগা ফমুংদা ফমথৈ... করিনো ঐনা তৌরিসে... করিনো ইবেচাউবীনা ঙসি [illegible] হেক ঙানবদগী হোয় মাই হায়দ্রিবসিনা করিগীনো? ঐসু মঙোন্দা করি অমত্তা হায়দে. ঙসি মাগা ঐগা থেংনবিবসি ঐখোয যুমগী মমাঙ থোংজাওগী থোঙজিল অসিদনি।

মতম ঙাইহাক লৈরুববগী তুংদদি ইবোচাউবগী কোক্তা লৈ[illegible] অমুবা লৈচিল মপৈ-মপৈদু খব-খর পাইথোকর্খিরম্মী, [illegible] লৌশিং খর-খবা লাক্লে খল্লকই, ঙবাং অযুক্তা ইবেচাউবীনা হায়খিবদু।

-- মোইবাবা! হয়েংদি নিংঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি, বাজার চৎলুখিগে হয়েং পুননবা পোৎ চৈ খরা লৈরম্বি[illegible].. পৈশা খরা পীবু অদুগা হয়েংদি গাড়ী [illegible] অমদা ঐবু ইপান্দা [illegible], মখা[illegible]গী ইবুংঙো তোমচাগী গাড়ীদু [illegible] মাইহীম, মখোয়গীদি [illegible] চৎ[illegible]ক্তি, অদুগা [illegible] চঠী কাদ্রু, হায়কবদা শোয়দনা পীরক্লোন।

[illegible]

-- হোয়-হোয়, অদু নংগী বাজার চৎপদু নংখলদা ঙরৈনা চৎলু। ঐ তাতোমালগোয়দা চংলর্খিগে। মানা লৌখিবা পৈশাদু ঙসি পীগে হায়র্বনি। ঐ লৌকর্খিগে, নঙ চাক থোংলুরো ঐ কুইনক্লোই ঙাইহাক্লেনি।

ইবেচাউবী হরাওজে মোমোন নোকচৈ।

ইবোচাওবা চৎখিদুনা তাতোমালগী যুম যৌরে। তাতোমালসু মাঙ্গোলদা

ফমদুনা লৈরম্মী।

— এ ইবুংঙো, ইবোচাউবা লেঙশিল্লকউ, লেঙশিল্লকউ মাঙ্গোলদা হেক্তা কাখৎপীরকউ, ঐসু নঙগীদা লাক্কে তৌরম্লিবনি, নতৈমদু দুকান্দা চৎখিবনি, নতৈমা ঙ্লাকপা ঙাইরম্লিবনি। নতৈমসু চথোক, ঐসু চথোক তৌরবদি হিঙ্গোলসে কোম্বোংসু পান্দবনিনা ষণ-লোক চঙলবদি মনা-মশিং খরা হৌরিবসে চাথোকখিগদ্রা খনদুনা নতৈমা লাক্লগা ঐ লাক্কে তৌরম্লিবনি। অদুবু ফরে-ফরে, নহাক লাকপসিসু...।

অসি হায়বল্লগা তাতোমাল ইমুঙদা চঙলুরগা থোক্লকই, ইবোচাউবদা পৈশা পীরৈ।

— ইবোচাউবা, সে-সে নঙগী পৈশাদু, নঙনা তৌবীবনা য়াম্না হেল্লি।

ইবোচাওবা পৈশাদু লৌশিল্লি অদুগা হায়রকই।

-- তাতোমাল, ননাউন্নুপীদু বাজার চৎকনি হায়হৌই, ঐ অমুক য়ৌজরগে।

— চাগসু থৌরাং অমত্তা তৌদ্রে, নতৈমা লাক্লবদি চা কপ অমমমতং থকমিন্নবা য়াবনি।

-- যাজরে, য়াজরে তাতোমাল, নোংমা থকমিন্নবগা লোইবে, ঐ অমুক য়ৌজরগে।

ইবোচাউবা থোক্লকই, লম্বীদা কুইনা উনখিদ্রবা মকপ চাউনু থেংনৈ, হরাও হরাও কৌনৈ।

— ভাই ইবোচাউবা, করম তৌরি নুংঙাইবিকো ?

— নুংঙাইজরি, ভাই চাউনু।

— উনদবসু কুইরে, চা থক্লখিসি।

মখোয় অনী হোটেলদা চঙলকই। চাউনুনা, চা কৌই, "ইনে চা অঙাঙবা গ্লাস অনীদা শেম্বীরকউ।"

মখোয় অনীমক ফমথৈ। অদুবু চা শেম্বীরকউ হায়বগা চা পীরকপগা মান্নে।

চাউনুনা হায়, "ভাই চা থকসি।"

ইবোচাউবনা খুম্মী, "ভাই ফনি।"

অহানবদা চা গ্লাসতু থাঙ্গৎতুনা অমুক-মুক্তং চুপ্লে। অদুদগী চাউনুনা চা গ্লাসতু থল্লগা ফুরিংখাওদগী এস পি টেব্লেত ষ্ট্রিপ অমা লৌথোক্লকই। টেব্লেতু ইবোচাউবদা অনী পী, মাগীসু অনী পাইরগা অমুক্তদা টেব্লেট অনী-অনীদু মচীন্দা হুকচিল্লি। ৱারী শাই অদুগা মিনিট অনী রোমগী মতুংদা চাসু লোয়গদৌরে, মতমদুদা চাউনুনা টেব্লেটতু অনী-অনী অমুক লৌথোক্লকই অদুগা হায়রকই, "ইনেগী চাসি য়াম্না হাউখ্রে, অনীদংগা শেম্বীরকউ।"

ইনেনা থূনমক চাদু পীরকই।

অকোনবগী চাদু থক্লা-থক্লা ইবোচাউবনা টেব্লেট্রু লোইনা চাথোকখ্রে। মাগী ৱাখল অতোপ্পা ঈপাক অমদা তাউখ্রে। চাউনুনা হায়, "ভাই ঐখোয়দা চৎলুখিসি।"

ইবোচাউবনা খুম্মী, "ফনি ভাই।"

চাউনুগী য়ূম য়ৌরে। মাগী কাদা চঙলকই। সোফাদা ফম্মীন্নৈ, মখোয় অনীমক ৱারী-ৱাতাই শাই, নোকই, ঙাইহাক লৈরবগী মতুংদা চাউনুগী মচননুপী চাউবীনা চা পীরে। চা পীরল্লগা চাউবী চাকশঙদা চঙখি। চাউনুনা অমুক টেব্লেট অহুম-অহুম লৌথোকই, ইবোচাউবস মাগী শরুক লোইনা চাশিনখি। মসিগী মতুংদদি ইবোচাউবা সোফাদা অদুম তূমথখ্রে।

নুমিদাংগী পূং ১০ তাগদৌরে, চাউনুনা মখোয়গী অৱাংথংবগী মখুড়াগী মচানুপা নাউবী কৌরুরগা ইবোচাওববু ময়ূমদা থিলহনখি।

ইবোচাউবা মথং-মথং নীংশিংলক্লে। ঙরাংগী থৌদোক, মানা চৎখিবা লিচৎ, শাজৎ ইবেচাউবীগী মফমদা ইকায় নুংশি য়ান্নরকই। ইবোচাউবা মাগী নুংশিরবা মরুপ চাউনুবু থম্মোযদা অয়ৌবী থাক্তা ৱারৌরকই।

মহাক মথন্তা খঙ্গে, "হৌজিক ঐবু তোমচাগী গাড়ী ৱায়রুসিরা... ঐনা লৌবিরুরবদি ইবেচাউবীনা ৱাবৌবা খরদি ফগনি।"

ইবোচাউবা খল্লু-খল্লুরগা নেশাবু ৱারৌরকই— "হে নেশা! অমুক হন্না ঐগী মরুপ ওইজরোইকো, হে নেশা, হে নেশা অঙকপনি নঙগী ময়ায়।" □

# চেঙদাইবী অনী

নুমিৎযুংবা মতুংদনি। নুংশাসু যক লাউনা লৈই। ঐ ইথক পাউনা কৈথেলগী লম্বীদা অবাং পাংনা তাইগৎলকই। নাকয়েংকী কৃষ্মে য়েংনা য়েংনা খোঙথাঙ লেপ্পাগদে। পাউনা ইন্টর্নেসনেল মার্কেটকী মনীং থংবা চিদাইদা হায়র্জিল্লে। দুকান অমগী মমাঙদা চপ লেপল্লই।

— ওজা সজু, মযাই লম্বীগী অহাবু আসদকা লাক্লম্বনা?

— লাক্লকী, ঐহাক্লা ওজা কুন্নদগী অমাং লোমদা হায়গৎখিবদা চুনী।

— [illegible]

— ঐ, [illegible] ওজা [illegible] চৈকবা হোন্দ [illegible] থেংনবা হৈখিবনি।

— চৎখিবগী মরমদি খঙবিবরা?

— এ, নুমিদাংবাইরমগী কৃৎ!

— অদুদি যাম্না লাপ্না চৎপদি ওইরম্লে।

হাক ইথন্তা থঙ্জে, কদায়রাইদবু ওইবিগবা, কৃৎকী থবকসি পাউনা

বাজারগী গলী খুদিংগীনি, গলী খুদিং চঙ-সঙদুনা থিরবদি থবক অমা ওইরনিসে, ইতোমতা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা লৈরিঙৈদা খংনীং নীংশিংলকই, মমাঙৈ ঐনা পাখিবা তামো বী. এম. মাইস্নাম্বগী নোভেল 'কংলা দায়বী' কৌবা লাইরিক্তা য়াওবা গলী নম্বরশিংদো, গলী নম্বর ৩৫, ৪৫, ৫৫ ! পাউনা বাজারগী গলী মশীং শুবে। গলী নম্বরদু খঙলবদি ইরাই লাইনিসে।

— কৈদৌবীরগে গুরু, ফমসু ফমদে অদুম লেপ্তুনা লৈরে, শোমদা ফম্বিবা য়ানি।

— য়াজরে-য়াজবে, ঐগী সাইকলসে ঙাইহাক্তা থমজরমগে, খোঙনা অসিব্রাইফাওবদং চখোকচরুগে, ঙসিসে, ঐ মহাক্কা উনদবা য়াদবা ৱাফম অমা লৈবননি।

অসি হায়রম্লগা ঐহাক অরাং পাংনা চৎলে। অসুম ফমদুনা ঙাইবসু য়াবনি। অদুবু ওঝা যন্ত্রগী য়েৎলোমদা ফম্লিবী নুপী অনীদুগী মওংদু হৈনদদুনা তৌর্বনি। ওঝা যন্ত্রনা পাউনা কৈথেলসিদা ফম্লক্লিবসি হাইফেৎ কুইরে। ঙসিদি মাগী হোটেলসি পোৎশিং খবা ফবা মাল্লে। মহাক্লা ঙসি ফাওবা তরু-তনাগ্না, মীনা ব্যাবহার তৌরিবসিগী মরুদি পূজারী ঘবননি। পূজারী তাদা কুবেরসে ওন্থোক্লা পুকচেল ঈং তপখ্রে। থোং-থাকপসু ঙানম থুম্লমই, মশানা নাল্লিবা, কুচুনা ঙৌরোক ঙৌরদনা, পোৎ তমথোক তর্মশিন তৌরিবা অঙাংশিসু য়াম্না হৈ-শিংই, হোটেলসিদা চঙলকপা মীশিংসিদা মহাক্লা উৎলিবা, তৌরিবা থৌগল্লোন ব্যাবহার ফজখ্রে-ফজখ্রে।

হোটেলসিদা চঙলকপা নুপা নুপী হায়বা লৈতে, হেক চঙলকপগা কনাবুসু কৌবোই, ইবুংঙো অবি! চা, চানবা, অদু-অদা, অবিদা লোইনা হায়নি।

পূংখায়মুক্কী মতুংদা ঐহাক ওঝা যন্ত্রগী হোটেলদা অমুক চঙলে, শকহেনবী অনীদুসু লৈরমদ্রে, ঐহাক চঙশিন্দুনা চৌক্রি অমদা ফমথরে। চা থকনীংলদুনা অবিদা চা হায়গে হায়দুনা লৈথোরকপদা,

— ওঝা, চা লৈজরে।

লাকও, মথা শাবা ফনবা কৃৎ-কৃৎ, ফৎ-ফৎ অহুম মরিদং তৌরুসি।

ঐখোয় অনী, অৱাং পাংনা হায়গৎসি ঙাওনরিবঙে, ওঝা যন্ত্রনা হায়রকই, — গুরু অনী হাইগৎলবরা, চৎমিন্নরসি ঐসু থোঙ লোঙ্গিঞ্জরগে ঙসিদি কষ্টমরসু কয়া লাক্লরোই।

তাঞ্জাসিদা ঐসু সাইকল ছো অদু হাংদোক্লি। ওঝা যন্ত্রসু থোঙ লোনবা লোইরে, ঐখোয় অহুম অৱাং পাংনা হায়গৎলে। গলী নম্বর ৩৫ (কুম্ভামঙা) গী কেগে মখোঙদা চঙলে, অদুবু ঐখোয়গী মকপ ওঝা যন্ত্রদি হৌজিক কৃৎ য়াদ্রে। মমাম্ভর্দদি য়াম্না তৌরম্মী, মশাদা কং [illegible] যাদবা লায়না অমনা নাবেদগী পুরা থাদোকখ্রে। কবিগুরুদদি অচাপোৎ চাপা যাবা খবা চামিন্নবা নত্তনা, কৃৎ লাউবদি তোকখ্রে। মহাক চুমদ্রিং মতোমতা হায়গৎখ্রে। ঐহাক্না কৃৎ ৪ (মরি) শুবদা মযাই লম্বী অজ্ঞাদি য়াহৌ খরা উনাখবদুনা ওইবা তাই, ফজবে। ঐহাক মথা শাবম্বা পূম্না শ্বাই মাংখ্রে। কৃৎ অনীগা তৌশিল্লে। অদুগা কয়া তারে হংলগা পেশা পীথোক্লদে, অদুগা ঐখোয় অনী মথা পাংনা হায়থরক্তুনা কৈশামপাৎ [illegible] লাক্লকে, ফিলোমনাগী পান দুকান্দা ক্না মতপ অমমম চাথিসি হায়দুনা [illegible], ঐখোয় [illegible] মাখোন [illegible] তোন মচা-মচা থক-থক [illegible] ঐনা [illegible] নোকবৎ তৌনা হায়,

— ঐদি জবদা ক্না চাদ্রে, কেমা কাদু ওইনা লুপা মচাগা শেম্বাবকই, অদুদগী মতপ অমা চাগো।

ফিলোমনানা হায়রকই — হা-য়াইমা ক্না অসিদা লৈজবে।

ঐহাক ক্নাদু লৌরগা চাবে। অত্তাসু চাবে। ঐখোয় অনী পান দুকান্দগা থোক্লকে, গুদ নাইত, হেন্দ সেক তৌনবে। মহাকসু চৎখ্রে। ঐহাক সাইকল অদু ইনবোই, চৈসু ওইবোই যূম য়ৌখিবা খঙহৌদে। নুপীনা চাক থাংদোকচরগে হায়, ঐনা কোন্না চারগে হায়না ফমুংদা অদুম চঙলে। মীৎ উইশিল্লে, অসুম নীংশিংলকই।

ঐসে, খুঙ্গংগী লায়রবা ইমুঙদা পোকই। লাইরিক লাইশু মতীক চানা

তমহৌদে, পিঃ য়ুঃ সিঃ ফাওবদি পাস তৌহৌরে। ক্লাস টেন পাস তৌবগা সরকারগী অফিস অমদা কেরানী ওইনা এদহোগতা থবক চঙখি। থবক তৌনা-তৌনা কলেজসু তম্মী। পিঃ য়ুঃ সিঃ পাস তৌবা চহী অসিমক্তদা থবকসু রেগুলার তাখি। ঐহাক্কী লাইবক ফবা অমনা, থবক্কীদমক্তা লুপা অমফাওবা তিংখিদে। ঐহাক হোৎনবা কনবা, তনদবা মীশক অমসু ওই। চহী ১০ গী মতুংদা ঐহাক্না শেন খজিক-খজিক থাগী তলবতগী বেঙ্কতা আরদি একাউন্টতা থমজিনখিবা অদুগা জি পি এফ একাউন্টতা লৈবা পৈশা অদুদগী লুপা লাক্ষ ২.৫ লৌথোক্লগা দুকান অমা ফমজে, ঐহাক্কী দুকান্দা য়োল্লিবা পোত্তি উপাক অখায়বা ঙাক্তেনি, ঐহাক উ শুবসু ফজনা হৈ, ইখূৎ য়াম্না নাল্লি, মীনা হায়নৈ। চহী অমগী মতুংদা ঐহাক্না ফল্লিবা দুকান্দুগা হেক থংনবা দুকান্দুসু ঐহাকপু ফল্লো হায়বদগী ঐহাক্না লৌশিল্লি। নৌনা লৌশিনবা দুকানসিদা ঐহাক্না মী অনীসু থম্মী। ঐহাক ইশাসু য়াওনা উপু কাংথোল তেবল, চৌক্রি সোফা লোইনা চল্লে, শুরে। তশেংনা হায়রবদা ঐগী দুকানসিদা উগী পোথোক শুনা ফংলে। ঐহাক্না অফিসতসু থবক তৌবনিনা অফিসকী দবকার লৈবা পোৎলম খুদিংমক ঐহাক্কী দুকান্দগী অমদি অতৈ-অতৈ অফিসকীসু লৈবা লাকই। মরমদি উচন চোকশিনবা, খুৎ নানবা ডিজাইন ফজবা অসিনচিংবা কয়াসি খঙবী-উবীবদগী। দুকান্দা লৈরিবা উ অয়াম্বা ঐহাক্কী তিন্নবা মরুপ ময়াই লম্বী অজ্ঞানা সপ্লাই তৌবীবনি।

মঙানি শুবা নুমিত্তা মোরেদা লৈরম্বা গাড়ী খুদিংমক ইম্ফাল থোকহল্লকখি। টাটা গাড়ীদি লোকচাও য়ৌরমদাইদা লুপ অমগী চহীগী টেক্স পীদে হায়না থিংদুনা থমখি, চৎহনখিদে। মসিনা মরম ওইদুনা ঐসু নোংমা-নোংমগী মথা শাবা হেনগৎলকই। ঙসি য়ানগদরা, য়ানদে। লুহোংবগী মতমদি অসুম-অসুম নকশিল্লকই। ঐনা কোয়চেন চেল্লি। থৌবাল, ৱাংজিং, খোংজোম, হৈরোক, ঐহাক্না চত্তবা, হংদবা মফম ইরৈ লৈত্রে। মীনা ওর্দর তৌরম্লিবা উদু ইফং-ফংদরে। খর খরদি ফংই। ঐনা থিরিবা ঊসি ঊঙাঙ ঊনিংথৌ, লৈহাও থাংজি অসিনি।

নোংমা, ঐগী অৱাংথংবদা লৈবা অর্বান কো-ওপরেটিব বেঙ্কতা থবক

তৌবা নুপা অমদা ব্বারী শারুই। মহাক্তা হায়রকই— "নহাক্তা পাল্লিবা উশিংদু উ ওইনসু ফংগনি, উপু কাংথোল অচনবা (রেদিমেদ) ওইনসু ফংগনি, হন্দক্তা ঐগী ইচানুপী লুহোংবদু মখোয়দগী লোইনা লৌবনি।"

— উপু কাংথোলবুদি দুকান খুদিংমক্তা ফংই, অখন্নবা উনা শাবা উঙাঙ উনিংথৌ, লৈহাও থাংজি হায়রিবা উশিং অসিনা শাবা পাম্বগী ব্বানি।

— চংতা চংপীরু, পাম্বীরীবা উশকশিংদুনা শাবা পোৎ খুদিংমক লোইনা ফংগনি।

মরুপকী অরোয়বগী ব্বাসি তাবদা, ঐহাক হরাওবনা লোইরে। ফরে হয়েং অয়ূক ঙন্তা চংলগে খন্না পূক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লে। অদুবু মফমদি খঙদ্রি।

— নঙবু ঐখোয় য়ুমদা লাকখ্রবদাই, ঐখোয়গী য়ুম য়ৌদ্রিঙৈদা লৈরে।

— ও,খঙলে-খঙলে য়াম্না নুংঙাইজরে।

— অদুদি গলী নম্বর ৩৫ দা কূৎ-কূৎতু অমা অনীদং য়োৎলুসিদনা, হেঞ্জিনবদি য়াদে। হয়েং অয়ূক থবক চংকদবা লৈবনিনা, নহান নোংমা ময়াই লম্বী অজ্ঞাগা পারুববু নুমিদাং চাক্কা অমত্তা চাদে। অয়ূক পূং ১০ দা হৌগৎলি।

ঐখোয় অনী ব্বারী শানা-শানা চংখিবনা গলী নম্বর ৩৫ য়ৌরে, কেগে মখোঙদা চঙলগা কূৎ অনী-অনী য়োংলগা য়ূম য়ৌনবা চংলে।

নোং ঙানবগা ঐহাক কায়রেম্বীখোক চংলে। ঐনা থিবা পোৎশিংদো মফম অদুদা লোইনা লৈরম্লে, য়াম্না নান্না শেম শাই। ঐহাক্তা য়াম্না কূপ্পা য়েংলগা অচনবা ওইনা লৈরে। মমল মথুম ঙাঙনরে। মখোয়গী গাড়ীসু লৈ হায়বদগী হাপকত্তুনা পোৎশিংদো পুরক্লগা মীগী লুহোংবগী পোৎ-চৈশিংদু লোইনা পীথোকখ্রে। মরকসিদা ময়াই লম্বী অজ্ঞা নোংমতা ঐগী দুকান্দা লাকখিদে। ঐসু মাগা কয়া চংমিন্নদবে। মরক মরক্তা ঐ পাউনা বাজারদা য়োৎপী লৈবা হেক হেক চংলি। মরুপ যন্ত্রগী হোটেল মপা য়ৌবগা হেক-হেক হোটেলদুদা য়েংলম্মী। চংলুবা খুদিংগী শকহেনবী অনীদু তনান-তনান ফমদুনা, ব্বারী তৌদুনা লৈরম্মী, ঐহাক চঙবদি চঙলুদে।

নোংমদি, ওঝা যন্ত্রদু প্লাসটিক্কী চৌক্রি অমদা ফম্লগা অতোপ্পা চৌক্রি অমদা মখোঙ অনীমক থাঙ্গৎলগা শকহেনবী অনীদুগা মায়গ-মায়গা ওঙ্গিন্নদুনা ৱারী শাদুনা লৈরম্মী, মৃন্না য়েংশিল্লুবদি নত্তে। ঐনা 'তোকঙা' ওফিসকী মমাঙ য়ৌরকপা মতমদা নাকন্দগী অবিনা কৌরকই।

— ওঝা, কদায় চৎপীরীবনো?

ঐহাক সাইকল ব্রেক খঙফা ফাই। সাইকলদগী কৃমথদুনা শোরোক মতাই ওইরপ্না ঐখোয় অনী য়ান্না নক্লা লেপমিন্নরে অদুগা, ঐনা অবিদা,

— অবি, হোটেলদি মহৌশাগুম পোৎশিং ফরিবরা ?

— ওঝা, হোটেল তোকখিবা কুইরে। তাদা যন্ত্রগী মরুপ অমা এক্সাইজ ইন্সপেক্তর ওইবদুনা হেক-হেক নুমিদাংৱাইবম, মখোয়গী কৃৎ-কৃৎ তৌবীদু লিটর ৫/১০ হেক-হেক পীরকই। অসিৱাইগী দুকানগী মীনা হেক-হেক পৃল্লপ-পৃল্লপ লৌই। নোংমা মখোয়গী নেশা থিংবা কাঙবু অমনা ফারে অদুদগী হোটেল তৌবা য়ারোই হায়না থিংখিবদগী অদুম তোক্কে। অদুবু চাদি খবা-খরা তৌরি। মদুসু তৌরিবা হায়দুনি। মাবু নুংশিবা অহল খরা নুমিদাংৱাইরম খুদিংগী লাক্লি। করিসু কান্নবা নত্তে। থবক লৈতবগী অদুম তৌবা হায়বদুনি।

— ঙাইখো অবি, নুমিৎ খুদিংগী ঐনা লাকপা খুদিংগী হেক্তা থেংনৈ, নুপী শকহেনবী অনী, ফমদুনা হেক্তা লৈরম্মী; করিগীনো? মখোয়দুবু কনা-কনানো?

— ওঝা, হোটেল তৌরিঙৈদা চেঙ পীরম্বা নুপীশিংনি।

— অদুদি হোটেলসু তোকখিবা কুইবে হায়, করিগী নুমিৎ খুদিংগী লাক্লিবা?

— মখোয়না লাক্লিংদুনা লাকপা নত্তে, ওঝা।

— অদুদি করিগী?

— হোটেল ফল্লিঙৈদা লৌখিবা চেঙ-ময়ামদুগী পৈশা থৌবা লাক্লিবনি।

— পৈশা থৌববু নুমিৎ খুদিংগী লাকপরা? পীগদবা নুমিৎ অমা হায়বীখ্রগা

লোয়রে। অবি, নুমিৎ তাখিবনা হানখিদৌরে, ঐ য়োৎপী লৈবা লাকপনি, কোন্না ব্লারী অমুক শাসি, অদুবু নখোয় তাদা যন্ত্রদু হৌজিকপু করি কারবার তৌনি হায়বগে?

— থোইনা খঙদে ওঝা, লাইরিক য়োনগনি হায়গুম তৌই।

থা অমা হৌখ্রে, পাউনা বাজার চৎখিদবা, ময়াই লম্বী অজ্ঞা, ওঝা কুল্লমনি, ওঝা যন্ত্র, তাদা কুবের, অবি উনদবা কুইরে খন্দুনা ঐহাক নুমিদাংব্লাইরম দুকান থোঙ লোনশিনলম্লগা ওঝা যন্ত্রগী হোটেলদা চঙলুই, ঐহাক উবদা ওঝা যন্ত্রনা হরাও-হরাও কৌরকই।

— গুরু, লেঙশিনবীরকউ।

— ওঝা যন্ত্র, ওঝা কুল্লমনি, ময়াই লম্বী অজ্ঞাখোয়বু...।

— গুরু, ময়াই লম্বী অজ্ঞা কৃৎকী থবক্তু লেপখিবা ঙসি তরেৎ নিপান্নিরোম শুরে। কৃৎ তৌবা য়াদ্রে হায়; নুমিদাং অথেংবদা ফোন হেক-হেক তৌরকপদুসু তোকখ্রে।

— ও-ও ওঝা কল্লমনিসু মখোয়গী শ্রীমতীনা য়াম্না চেকশিন্না শেন্নবদগী মহাকসু কৃৎকী থবক্তু ইতৌ তৌদ্রে হায়। মরক-মরক্তা এয়ার-কন্দিসনগা তৌবসু য়াওই।

— ফরে ওঝা যন্ত্র, লাইরিক য়োল্লনি হায়, অচুম্বরা?

— গুরু অচুম্বনি; উপু মনুংদা য়াওরিবসিনি য়েংবিয়ু।

— এ, লাইরিক খরা অসিনদি কৈদৌননি, খরা য়াম্না থম্বীবা য়াদ্রা ?

— গুরু, য়াই-য়াই, ঐনা কপি মশীং ১০/১০ দং লৌবা অদুননি। ঐখোয় মণিপুরদা ফোঙবা লাইরিকশিংসু ওম্থোক্না য়ামখ্রে। থা অমদা লাইরিক মঙা-মঙা দগী তাদনা ফোঙনরকই। মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কেদি চোল্লবনি।

— ওঝা যন্ত্র, মণিপুরী লাইরিক ফোঙলিবা ময়াম অসিদগী শৈরেংনা খ্বাইদগী মশীং হেনবা মাল্লি।

— চুমই-চুমই গুরু।

— ওঝা যন্ত্র , ঐহাক্কী মত্তা হায়গদ্রা, অপাম্বা হায়গদ্রা, য়াম্না হেন্না ফোঙহঞ্জনিংবসি নোভেল, ব্বারীমচা অমদি মপাল্লমগী অফাওবা অইবশিংগী ওইবা কয়া ইমালোন মণিপুরীদা হন্দোক্কুনা ফোঙবনা হেন্না পামজৈ। অদুগা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা হায়রগনা নোভেল অসিনি।

— গুরু, মী-মীগী ওইবা মত্ত তোঙান-তোঙানবনি; শৈরেংদা ঙাওবা, পামজবা মীসু ওম্থোক্লা য়াম্না লৈখ্রে, শৈরেংগী ব্বাহে পরেং অমনা, ব্বারীমচা অমগী থিম (প্লোট) অমনি, মগুণ লৈবা শৈরেং অমনা মগুণ লৈবা অচৌবা নোভেল অমা ওইবসু য়াই। মসিগী ব্বাসি তেনশিল্লসি অখঙ-অহৈনা নৈনবীরনসু।

— ওঝা যন্ত্র, ওঝা কুল্লমনিসে মবুক-মপাউ য়াম্না ঈং-তপখ্রে, মাগী হায়ববু কৃৎসে খবা হেঞ্জিল্লুরবা মহাক্কা খঙন-চান্নবা মী উরবা, নোকফেৎ-নোকফেৎ মমায়দো ঙাঙলি-ঙাঙলি অদুগা ইখঙ খঙহৌদনা মখূদাং ফুরিৎ তাখৎলগা লাওরক্কনি। 'ওপন চেলেঞ্জ'। মসিদা খুম্নু লাকউবা য়াবা মতম নত্তে। ঐখোয় অহূম মরিসি তূমিন-তূমিন চপ লেপ্পরিবনি।

— গুরু, অতোপ্পা নুংঙাইবা ব্বারী অমগসু লৈরীনে।

— এ, কনাগী ব্বারী ?

— গুরু, ময়াই লম্বী অজ্ঞাগী।

— মহাক্কীসু লৈবোইরে, ঐদি খঙদে।

— গুরু ঐ লিগে, নোংমা ময়াই লম্বী অজ্ঞাদু কৃৎতু খরা ফন-ফজনা হেঞ্জিল্লগা য়ূমদা হঞ্জিল্লকপনি হায় অদুগা গেৎসি থিল্লগা থোঙ হাংদোক্লবা য়াম্না কন্না কৌবা জাৎনি, নুমিত্তু ইলেক্ট্রিক মৈসু লাক্তবা নুমিৎনি হায়। মখোয় মমা মচাসু তূমদনা কুইনা ঙাইরম্বজাৎনিদা, অসুম থেঙজিল্লকপদুদদি মমা মচা তূমথবদা ঙাইবিবা জাৎনি। মিনিট তরারোমসি লাউবগা, খোঙবগা, থিল্লবগী মতুং মঙ-ওই, হা-ওই মমা মচা তারবজাৎনি। থোঙদু হাংদোক্কুনা ইমুঙদা চঙলক্লবা মতমদুদা ওইরক্লিবা ফিভমদুদি অস...!

— ওঝা যন্ত্র, করিনো অস হায়বদি ?

— গুরু, নোংঙাল্লগা নুংথিল পূং ২/৩ তাবগী অদুৱাইদা ঐখোয় ৪/৫ প্রুফ ককপা হৌবা য়ারে হায়নবা অদুদা ঐনা কৌথোক্লুগে হায়না চঙলুবনি, অজ্ঞাগী শ্রীমতীদু মমায় মমিৎ ইপোম-পোমদুনা ফম্মাংদা ফল্লগা লৈরম্মী, ঐদি করিসু খঙদবনিনা,

— গুরু ময়াম প্রুফ ককসি হায়রি, ঐ গুরুদা পাউ পীবা লাকলিবনি।

— গুরু যন্ত্র, ফনি চৎলসি। ময়াইলম্বী অজ্ঞানা মাঙ থাদুনা প্রপ-প্রপ থোকমিন্নরকই, মচানুপা অতোম্বদু ঐগী ইতুং ইন্নদুনা চেম্ঘোরকই, ঐনা হংলুই,

— বুঙ, কৈদৌরে নখোয় বাবাদা করি হায়গে হায়রিবনো ?

— ঐখোয় বাবাদা নত্তে, ঐখোয় বাবাদা হায়গনুকো।

— হোয়-হোয় হায়রোই, হায়রো।

— অদুবুরো বাবা... ! ঙরাং বাবাদু খরা হেঞ্জিল্লকপা মাল্লি। মানা থোঙ হাংদোক্লবা কৌবদা তাদে হায়দুনা মমাদু ফুরিবা।

— অস... ! ওঝা যন্ত্র মদুদি নুংঙাইতে। শ্রীমতীগী মমাঙদা ময়াই লম্বী অজ্ঞাগা চৎমিন্নববু...।

— গুরু, ঐসু ইকায় নুংশি য়া ়িবনি। ঐনা হান্না খঙলম্লবদি চঙলম্লোই।

— ফরে, ওঝা যন্ত্র, ঐখোয় অনীনা মাবু ভাব তানবা ৱারী খরা নীংথিজনা ৱারী শাসি। কৃৎ তোক্লবা হায়সি।

— এ, গুরু, ঙসাইনা চৎখ্রে।

— কদায়দা চৎখিবনো ?

— নুমিদাংৱাইরমগী কৃৎ... অদুগী।

— ময়াই লম্বী অজ্ঞাদি কৃৎ তৌদবা কুইরে হাইবিখিবা নত্তরা?

— গুরু, ঙসি ২/৩ শুরে, কৃৎকী লম্বীদা অমুক খোঙদারকপা।

— কনা-কনা পুল্লিবগে, ওঝা কুল্লমনিগরা ?

— ওঝা কুল্লমনিগদি ইপূন পূনবা উদে।

— অদুদি... ?

— অনৌবা টিমনি,

— কনা-কনানো ?

— বারুনি পণ্ডিত, নুঙশংবম কৃষ্ণ, ধরজিৎনে, মখোয়গা ওইরমাল্লে।

— ওঝা যন্ত্র ঙসিদি ঐহাক ময়াইলম্বী অজ্ঞা থিরুবা তারে। গলী নম্বর কয়াদনো?

— গুরু, হন্দক্তি গলীদা চঙদ্রবনি।

— অদুদি... কনাগীদা ফমই হায়বগে ?

— গুরু, ধরজিৎখোয়গী ওফিসকী মনিঙথোঙ ময়াদা কা মচা অমা লৈবদু, গুরুসু খঙবীরমগনি, মদুদনি ফমলিবসি।

— ওঝা যন্ত্র, অদুদদি ঐদি চঙবা তল্লি।

ঐহাক থোরক্লে। মতম অদুদা চেঙদাইবী অনী অদু প্রপ-প্রপ ওঝা যন্ত্রগী দুকান্দা চঙশিনখ্রে। ঐ ঙকই, পৃমঙক ঙকই। পৃক্লিংদা মওল-মওল খল্লকই, "চেঙদাইবী শকহেনবী! লাইরিক য়োনফমদা করি য়োনবা লাকইবা!" ❐

# ইশাগী হক

গুৱাহাটি এয়ারপোর্টতা ইম্ফালদগী পাইরকখিবা পেসেঞ্জর প্লেন থুংলরে। প্লেন্দগী পেসেঞ্জরশিং পরেং শানা এয়ারপোর্টকী ৱাইটিং শেডতা মথং-মথং চঙনরক্লে। মরক অদুদা, অহল ওইরপ তৌরবা চহী ৬০ রোমগী চাং অদুৱাইদদি লৈরবসু, মৈতৈগী ফনেক মপান নাইব শেৎপী, ইন্নফী পারপ্লা চাদর য়েৎলোমদা লেংহ্নম নাইনা ইনবী, মায়থোঙদা চন্দনগী মথক্তা, শক্কী নোংথাঙ কুপ্পী, শাওং-শাবানগী ঈরাং ঈপোম লোইনরিবী নুপী অমথক; চীং লেম্না চঙলক্লগা থারিবা ফিদা অমদা নুংশা শ্বর হোন্দোক্লে হায়দুনা ফমথরকই। মহাক্কী মায়থোঙদা তৌদবা য়াদবা মথৌগী লাকফম থোক্কুনা লাকপগী মমি, ময়েক শেংনা তারি। মকমদুমক্তদা অতোপ্পা মৈতৈ ফনেক লংজম শেৎপী চহী ৪০ গী মখাদা লৈবী অমনা চঙশিল্লক্কুনা নোল্লুক্লা কৌজরকই,

— ইমাশী, কদোমদা লেঙবীদৌরিবনো ?

— এ, ইবেম্মা, নঙবু কুঞ্জেশ্বরী নত্রো? ঐহাক গুৱাহাটিসিদা ইশাগী হক কনগে, লৌগে অদুগা ঐগী হক্কুগী তৌফম থোকপা ঈথৌগী মশক খঙবদুসু উৎকে, উহনগে হায়দুনা লাক্লিবনি।

— তাকপীরিবদু করিনো হায়বা নচাদি ৱাখল লাম্বা ফংজদ্রে।

— পঙইদা অঙাংশিংসে, হেক ময়েক শেংনা শন্দোক্লিবা ফাওবা খঙঙোইদৌরিদা, সে-সে, সুমদৌবনি, নখোয়গী পাবুংদু হকচাং ঙমদদুনা ডাউন্দ-টাউন্দা হোস্পিটালসিদা মাগী অতোম্বীদুনা লায়েংনবা পুখ্রে হায়য়ে, লায়নাদি অহল ওইরকপগী পেরালাইসিস, অদুদা ইমাসু নৌপ্পাশিং লৈরিবা কৌবনিনা মীগী মচীন খর মখৈদা ওইরবসু মেন্ননবা, খায়নরবনি হায়দুনসু অঙাং লৈনরিবা অদুগা নাখৈ অমা শেংদোক্লদ্রিবা, ঐখোয়নিগী ওইনা শেংদোক্লরবসু মীয়াম মমাঙদদি শেংদোক্লদ্রিবনা ঐসু ঈথৌ তৌগে, অনাবা সেবা তৌগে, ঐগী ঈপুরোইবা ওইরি খঙহনগে হায়দুনা লাক্লিবনি। ইচাদি কদায়দা চৎকে লাকপনো?

— নচাগীসু গুৱাহাটিসিদনি, ঐখোয়গী য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর খর উন্নজগে লাকচবনি। লেঙথোক্লসি, থেঙথ্রগনি নচা থৌগল তৌজরগে।

— ফরে-ফরে, ইমা-ইচা চৎমিন্নরসি, অদুদা লমদাংসিবু !

— করিসু খনবীরুগনু ইমাশী, ইমাশীনা থুংফম য়ৌদুনা হেক তং-তাদ্রিবা ফাওবা নচানা তুং ইঞ্জগনি।

মৈতৈ ফনেক শেৎপী মমা-মচা অনীদু এয়ারপোর্টকী শেডতগী মাগী মাগী ব্রিফ কেস পায়দুনা থোক্লরকই। কুঞ্জেশ্বরীনা এয়ারপোর্টকী কমপ্লেক্স হেক লাম্থোকপগা মনাক অদুৱাইদা লৈরম্বা টেক্সি অমা ফাদুনা মমাশী ইবেম্মা, অহল ওইজরবসু মঙোন্দগী হেন্না শকহেনবীদু নুংশাগী মৈশা লাংদুনা মায়থোঙদা হুমাং লৈরিক কাদুনা তঙাং-তঙাংহনবা য়াবা নত্তে খন্দুনা টেক্সিদা লেঙখৎহল্লি, মরমদি, মহাক্লা খঙই, ঙসিসি মমাশী অসি মহাক্কী বরগী মনাক্তা চৎলিবনি, অদুগা টেক্সি থৌবদুদা চৎকদবা মফম তাকথ্রগা মহাকসু ঙাইহাক মঙ মঙলি— ইনাকখুনবসু, লায়রবসু, অচৌবসু, মচাসু থম্মোয়দি চপ মান্নবা ওইরেকো, খেন্নরিবসি মিৎনা উবা ফংলিবা ফিজোলগুম্বা হকচাং অসিদদা ওইরেকো।

গুৱাহাটি টাউন মনুং চঙলক্লুনা ডাউন-টাউন হোস্পিটালদা থুংলবদু

নুংথিলগী পৃং অনী তাপ্লে। টেক্সি খাম্বগা ভারা পীবগা চপ মান্নে। থবক ফবী কুঞ্জেনা তৌরিবসি ব্রাখল নুংঙাইনা আশা চাওনা লাক্লিবা মমাশী কদায়দা ব্রাখিগদগে হায়বগী মওংনি।

টেক্সিদগী হেক কৃমথবগা কুঞ্জেনা,

— ইমাশীগী ব্রিফ-কেসতু ঐ পায়জগে।

— য়ানি ইবেম্মা, লুমসু লুমদে ইমা সুম পুগে।

মমাশী ইবেম্মনা লমজীংদুনা হোস্পিটালগী ব্রাহং পাউহংফমদা চঙশিন্দুনা থিরক্লিবা অনাবগী লৈফম্নচিংবা হংদোক্লুরে। রিসেপসন্টি অমনা তাক্লকখি।

— পাল্লিবা অনাবদু মথংগী শঙদুগী অনীশুবা মথোন্দা হৌজিক্তা ঈ টেষ্ট লোইরদুনা রুম নম্বর ১৫, মহাক্কী হান্নগী রুমদুদা থুংলম্বা য়ারে, থুংলমদ্রবসু কাদুদা ঙাইবীরু, শোয়দনা কাদুদা থিঞ্জিল্লক্লগনি।

লৌনিংলিবা পাউদু ফংলবদা মৈতৈ নুপী অনীদু "থেঙ্ক-য়ু" হায়রম্লগা মখোয়না থুংলুগদবা মফমদু য়ৌনবা খোঙশাল্লক্লে।

কেজ- নৌজ হৈজবী মমাশী-ইবেম্মগা মীগীদমক থরায় ব্রাজগনবী কুঞ্জেগা অহানবা শঙদু থাদোক্লমদুনা অনীশুবা শঙদুগী অহানবা মথোল, লৈমায়গা তায়নবদুদা খোঙ কার্নশিল্ল কপমক্তো; তোঙ্গাননা নোই-পেনবী, কুচু ঙৌরোক ঙৌবী, শারী অঙাংবা, থাক্কি হকচাং কুপ্লবা ফিজিন্দু থবাক্তা অমুক্তং খাওন ওননা লেংথক্তা চৎলুরগা খ্বাঙদা চেৎনা য়েৎশিল্লগা, মতোমতা নুপীমচা থৌনা পুথোক্লুনা অনাবা হাপপা স্ট্রেটচর অমা ইল্লগা মখোয়বু ফৈনা লমলানখিবদু মখোয়নিনা ব্রারী শানা লাকপদুদা মমি শামি উহৌই। মখোয়'নিনা শঙ মনুংদা চঙশিল্লক্লগা মথোনগী কাফম হংদুনা কাখৎলকপদা ঙসাই হাইকেৎ উখিবা কুচু ঙৌনা শাবান ফজবীদুনা নুপীগী ঙমজবা পাঙ্গল শীজিন্নদুনা মখাগী মথোন্দগী অঙম্বা মথক্কী মথোন্দা স্ট্রেটচর ইনখৎলকফমদুদা মথক্তনা হুমাং লৈরিক কাবা মখৈ নুংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা ইনখৎলক্লগা অনীশুবা মথোনগী কা অমদা ইনশিনখিবদু মখোয় অনীমক উবদি উহৌই অদুবু পাল্লিবা কাগী মশীংদু য়েংলিঙৈদা

থৌনা ফবীদুগী থবক্তুদা কয়া খোয়জগুলুদে। মতোমতা হায়দোক্তনা থম্মোয়দা খন্দি খন্নে, হোস্পিটাল লেডী এটেণ্ডেনলা করিনো, মপাঙ্গলসু ফৈ, মথৌনাসু ফৈ অদুগা কুচু ফজে, শারী অঙাংবদুগা ওথোক্লা পকচপ্রে, ময়াং লৈপাকসিদা অসিগুম্বা নুপীসু লৈরিবোই।

মৈতৈ-নুপী অনীদুনা রুম নম্বর ১৫ গী কাদুগী মফম খঙলদুনা মদু তান্না প্রপ-প্রপ লাক্লম্মী। কাদু থোঙ লোন্দে, ইরাও লাওনা হাংদোক্তুনা লৈরম্মী। মখোয় অনী লাকমিন্নরম্বদগী কাদু নকশিল্লকপা মতমদদি আশা চাউবী মমাশীদুনা মাঙ থাগৎখ্রে অদুগা কাদুগী হাংদোক্লিবা থোঙদুগী ময়াই মপাদা মখোয় অনীমক তুংদা-মাংদা লেপ্তুনা কা মনুংদুদা কনা কনা লৈবগে হায়দুনা য়েংশিল্লকপা মতমদা উরে— ঙশাইগী শারী অঙাংবা শেৎপী থৌনা ফবীদুনা স্ট্রেটচর মথক্তগী অনাবদু, মতোমতনা মথাদা চেজেৎ কোশিঞ্জরদুনা ডাক্তরশঙগী ফমুং মথক্তুদা থাংথনবা হোৎনরি। মপুরোইবগী সেবাদা মমায়দগী হুমাং ঈরিক কারিবদু তৈথোচবা শংজদ্রবী নুপীদুগী মতৌদু উবদা মমাশী ইবেম্মদু মিকুপ্তুদা ব্রাখল, লৌশিং, পূক্লিং, হকচাং পূম্নমক অমুক্তদা পুমপঙ পঙথখিবদুনা মচীন্দনা, "ঐগী হক ঐগী ইথৌ" হায়না শোনখি অদুগা মখুত্তগী ব্রিফ কেস নাম্থখিদুনা কাদুগী লৈমায়দা তাখি।

মদু উবদা মতুংদা লেপ্লিবীদুনা চংঙক্লনা শোনখি— "অসি ওইরেকো মপুরোইবা নীংবী!"

অদুবু ব্রাখল মান্নদ্রবা থম্মোয অনীদুগী খোম্হোক্তু কাদুগী চেক্কী ফক্লাংগী মমায়দুদগী থক্তোকখিদুনা অহাঙবা নুমিৎ চায়থরকপগী মালংদুদা তিনখি।□

# কনাদা করি মাঙজরিবা

মোহন ওফিসকী চৌকিদারনি। ডাইরেক্তর সাহবনা ওর্দর অমা থোক্লুনা ষ্টোরকীপরসু ওইহনবীরম্মী। ষ্টোর মনাক্তা ক্বাটর অমা পীদুনা মহাক্কী নুপী সরিতাগা লোয়ননা লৈ। মোহন লাইরিক হৈতে। মেত্রিক পাসসু নত্তে। অদুবু ডাইরেক্তর সাহেবনদি বুদ্ধি ফৈ হায়না য়াম্না চাল্লি। মোহনবু চৌকিদারনি হায়দুনা ওফিসকী মীওইশিংনা উশিং থৌওইদনা তৌবা ঙমদে।

মোহনগী নুপী সরিতা বিঃ এঃ নি। চুঙ ফিবাল চানা ৱাং চাউবী, মশক মতৌ চঙখোনবী নুপীনি। শবান ফজে, খ্বাং চেংবী, লেঙ অমসুং নীং ফনবী, মমুন ফারবা চাউজিং হৈবাং উরগা চানিংবনা... চুম্বগুম্না, খ্বাইগী মীতাফম্নি, শুদ্ধংয়াই পুবী হেলোইগুম্বীনি। সরিতাগা ডাইরেক্তর সাহেবকা মিংতা নাতা অমা তৌরে হায়বসি মোহনদি খঙদে, খনসু খুল্লুদে। সরিতানা ডাইরেক্তরবু শুদ্ধংলিবরা নংত্রগা ডাইরেক্তর সাহেবনা সরিতাবু পেলহল্লিবরা ? ডাইরেক্তর সাহেব চহী ৫০ মখাগী মীওইনি । মমিংনা ৱা ঙাঙবগুম নুজাশিংগী তোংতক তূমলপ তৌবা থজিন্দা মমিং থমগল্লি।

সরিতাসু ডাইরেক্তর সাহেপতা মীতাজবগুম তৌই। মসিসু মোহোন উদে।

মোহন্না ওফিসকী গোদাউন্দা মান থাবসি নুমিদাংগী মতমদা অয়াম্বনা তৌই। মান খরা য়াম্লক্লবদি থাবদা পূং ৪ / ৫ চঙবসু য়াওই। অসিগুম্বা মতমসিদদি মোহন থবক য়াম্না চিল্লি। পোৎপু মশীং থীগদ্রা, ষ্টোক রেজিষ্টারদবু চনশিনগদ্রা, মায় লৈথোকপা য়াবা মতম নত্তে। মতমসিদনি ডাইরেক্তর সাহেবকা সরিতাগা মিৎয়েং নায়েং, পাখোং চন্নরিবা, ৱা চমথোক্লরিবসি। ওফিসকী মান থাবা নুমিৎ খুদিংগী অহকপা নুংশি খুদোল পীনরিবসি, অদুগা চীম্বাল মখৈগীদি মশীং নাইনপোৎ নত্তে। মসিগীদমক্তা ডাইরেক্তর সাহেবনা মান থাবা নুমিৎ খুদিংগী থারিবা মান্দু য়েংশিনবা লাকই। মোহন্দা ঙাইহাক থবক তাক্লম্লগা ক্বাটরদা চঙশিন্দুনা চা থক্নুনা লৈ। মান থাবা লোইদ্রিবা ফাওবা লৈরম্লগা মোহন্দা গোডাউনগী থোঙ লোক্সিল্লো হায়রম্লগা গাড়ী থৌদুনা চৎখি। ডাইরেক্তর সাহেবতা মোহন্না খল্লিবদি ঐবু নুংশিবীদুনা কদায়দা শোয়খিগদগে হায়দুনবুদি লাকপিরিবা। মহাক লাকপসিদা ঐনা তৌরিবা অবানবসিদি খঙহল্লুবা য়াবা নত্তে। চেকশিনবা তাবনি। হোয়দ, শেন তানববু ৱাদনা তানবা য়াব্রা? অদুবু লাইবক ফবনা মহাক্না মান থাবা হৌরকপদা ঙাইহাক্তং য়াওরম্লগা ইমুঙদা চা থক্নুনা লৈখিবসিনা, ঐনা নীংবা থুংলিবনি। মখোয়না অচৌবনি, চা থক্নুনা লৈজসনু, ঐখোয় মচানি, লায়রবনি, ৱানা শুদুনা শেল তানবা তাবনি।

মোহনগা সরিতাগা লুহোংদুনা যুম্নালবগী পূন্সি লম্বীদা চৎমিন্নরকপসি চহী ৫ / ৬ শুরক্লবনি। অদুবু... ঙসি ফাওবদা মমিত্তা মচা উদ্রি। য়ুম্নালবগী পূন্সিদা নুপা নুপীনা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবসি অহীংগী ৱারীদু নত্তে। মমিৎ-মমিত্তা নুপা ওইরবসু নুপী ওইববসু মচা উজবনি। মোহনসু মচা উনীংই...। করিদি উপায় লৈরি। মখোয় অনী হোৎনৈ, তানৈ অদুবু, করিসু কান্নবা ফংদে।

মোহননা মাগী ওফিসকী লেপ্তুনা চথরিবা থবকশিং, মরু ওইনা মান থাবগী থবক্তু লেপ্তুনা অদুম চথে। মহৌশাগুম ডাইরেক্তর সাহেব তত্তনা লাক্নুনা মতেং পাংবীরে। মোহনগী শেন্দাল লম্বীগী শেনফম অসুম-অসুম হেনগৎলকই। অয়ূক নুংথিলগী মতমদদি মহাক্কী ওফিসকী থবক লৈতে।

মোহন মচা ফংনীংবগী ঈরাংনা মশাদা করি অশোয়বা লৈবগে হায়না নোংমা ডাক্তরদা চত্তুনা য়েংথোকলুই। মোহন খল্লি, মচা পোক্তবগী অশোয়বা লৈরিবসি ঐঙোন্দা নত্তে। মসি হেক খঙলকপদা মচা উবা ফংনবা অতোপ্পা নুপী অমা থিনীংবগী ৱাখল লাকই। মোহন্দা লৈরিবা ৱাখলদু সরিতাসু খঙই। মোহন্না চীন্না থোক্লা ঙাঙদ্রবসু সরিতানদি তৌরিবা ঈরাং পূম্নমক উই। অদুবু পূম্নমক ওইদুনসু চফু উয়ান মচেত্তগী হৌদোকমিন্নরকপা ওইবনা মহাক্কী ইন্দ্রিগী অপাম্বা অমদি পূক্লিং ৱাখল নুংঙাইহনবগীদি নাকোয়ননা অমদগী ফংলবসু মোহনগা লাপথোক্লবদি পামদে। মরমদি মহাক মিংদা থীবা ওইগনি। মোহন্না মমিত্তা মচা উনীংলি। সরিতা চাবোকপী নুপী অমা ওইরম্লবদি চহী ৩/৪ গী মমাঙদা, মদুদগী ঙনখৎনা ওইবা য়ারবনি। অদুবু সরিতাদদি ওইথোক্লে। মোহন্না চাবোক্লবা ঈরাংগী শাফু কন্না পীরবসু... সরিতা মচা ওইহন্নবগী পাম্বে লৈত্রে। সরিতাসু ৱাফম অসি খঙজে, মোহনগী অশোয়বা লৈরবসু ডাইরেক্তর সাহেবকী থৌজালসু ফংলিবনি।

নোংমদি সরিতানা মোহন্দা হায়— "ঐহাক চাবোক্তবী হায়বদু ওইরে। নহাক্লা ইচা অমত্তং ফংনবা অপাম্বা তৌবদা ঐহাক করি অমত্তা য়েৎলরোই। তৌবতবু ঐহাকপু নখোয়গী কাদা অয়েৎপা পীবী ওইহনবীদনবা ঐগী য়ূম অমা তোঙান্না শাবীয়ু, ইতোমতা তোঙান্না লৈজগে। নহাক্কী নতেং পাংননবা ঐসু শেল তানগে, লৈরিবা শেনফম অদুদগী লুপা লীশিং ৫০/৬০ দং পীয়ু।"

ৱাফমসিদা পুকচেল চমজবা, ৱাখল থম্মোয় শেংজবা, মীবু অফবা ওইনদা খঞ্জবা মোহন্না সরিতাগী অপাম্বদু থুংহল্লি। সরিতা তোঙান্না লৈখ্রে, অদুগা মোহনদি?

মোহন থবক পীকচরবসু, শেল পায়বা মীশক অমা ওইরে। মোহনগী মমাঙদা লৈরম্বা ষ্টোরকীপরশিংনা ময়ূম-মকৈ, চেক্কী দলাল মথোল অহুমদগী তাদনা শাখিবা ঙাক্তনি। মোহনসু মদু ওম্নবা শেল তাল্লকখিবনি। মীওক মীকৌ ফজবী, লৌশিং শিংবী লাইরিক লাইশু মতীক চানা হৈবী, শকচু চঙখোন্না শবান ফজবী হেল্লোই অতোনবীগুম্বী সরিতানা মোহনগী নীংবা থুংহনখিবনি।

# লুহোংবগী পোৎপাং

তোন্দোনবা অমসুং মালা মখোয় অনী অহল মশেন হায়ন-শিংনদুনা য়াম্না চাউনা লুহোংলে। নুপী ময়ূমসু নোংগ্রে, অউনপোক্তুনা য়াম্লিবা, অৱাংথংবা শঙ্গোয়দু পীক হেক থল্লি। তোন্দোনবা, মালা হান্না শকখঙ মায়খঙনবসু মাল্লি। লুহোংবা নুমিত্তুদা বর কন্যা অনীনা নুংঙাইরিবা, মতৌ অমনি। কাংশুবী লান্নবদনা মরোল ভম্মা, প্রমাণ পাম্বেগসু কয়ানি। লৈশাবী মচা অমনা হায়রকই, 'বরনী হায়দনা গনেষ মচা হেক মাল্লদনা, নশা চাবা নাহোং অমা পুরকউ পোবীথোক্কে'। বরগী কাঙবুনা লৈশাবীমচাশিংদা হেঞ্জিল্লুবা ঙমপোৎ নত্তে। অসুম্না ঙাঙন-ঙাঙনা লুহোংবগী থৌরমদু লোইশিল্লে।

লুহোংবগী লাঙলম্বা পূম্নমক্তু নুমিদাংগী অমম্বনা লাঙ্গোই চম্বিনখ্রে, অদুবু নুপা ময়ূমগীদদি ঙাল্লবা থাওমৈ মঙালনা অমম্ববু তাম্থোক্লি। ইনাক খুনবগা, ইনাক খুনবীগা লুহোংবা, লায়রবগা লায়রবীগা লৌন-লৈনবা, কয়াদা খেন্নখ্রবনো, তোন্দোনবা মশাসু ফিজিক্সিয়ান্নী, মালাসু এন্থ্রোগী ডোক্তোরেটনি। শক্তা য়েংলে উথম্বাল, মগুন্দা য়েংলে চিনি চম্প্রা, মরন্দা য়েংলে পাৎয়াই থম্বালনি। ঙসিদা লুহোংলক্লিবী মালা য়ূমসিদা অনৌবীনি। ফক্লাংগী ঘড়ীনা দেং-দেং

মাপল্লক খিংলকই। তোম্দোনবা মঙক থাঙ্গত্তুনা ঘড়ীদা য়েংলিঙৈদা অনৌবীদু কাদুদা চঙলকপা খঙহৌদে, য়েংলকপদদি ফম্মাংগী ফক্তা তূমিন ফমদুনা লৈরম্লে। লুহোংবা কোয়বগী তাঞ্জাদুদি মালাগী মশক্তু য়াম্না লোন্না য়েংনিংলম্মী, হৌজিক্তি মনাক্তা ফমদুনা লৈরবনিনা, মাগী হায়বদু ওইরবনিনা, খজিক্তা য়েংগদবা ফাওবা পাম্মুজরে। অদুবু তোম্দোনবা নুংপানিনা ৱাদি হৌরকই।

— সিদা লাউনে, শকখঙনবা ওইনা পোৎপাং মশীং থীমিন্নসি।

নুপী ওইবীগী অহানবা শৈহৌগী হৌনবা মালা খুম্লক্তে। তাবদমক তাই। তোম্দোনবনা তপ্না হৌগত্তুনা মালাগী নাক্তা চঙশিল্লক্লগা তপ্না হায়রকই,

— ঐহাক ই এন টি সার্জনদি নত্তে, অদুবু ঐগী নুপীবুদি না তাথিরম্লবসু তাহন্নবা লায়েংবদি ইথৌনি, হংদবা য়াদ্রে। য়েত্তরা, ওইদরা মালা?

মালা নোক্তমক নোকই, খুম্লক্তে।

— ও, ডালিয়া। ডালিয়া গন্নাদা হৌবীনি হায়দুনা ইকায়রিবরা, মনা মশা য়াওদে, হায়দুনা কালেনগী লৈতঙগাই থিনগায়রগা লৈপাক্লেনা শাৎলক্তনা তোকখিবরা?

মহাক্কী মতমদু লাক্লবদা মালা মোং হাদনা তোম্দোনবু নুংশি মিৎয়েং য়েংলগা,

— তনখ্রে, কবি ওইবিগে হায়রগা কবি ওইবিরো।

— অদুবু লাকও হায়বা, পোৎপাংশিংসি মশীং থীসি লাকও।

— হোয় ফরেসে, থীবগী শরুকপুদি কনা কনানা পাংলকপনো হায়বদুদুম য়েংসি।

— ফৈ য়েংসি, মসিনা এমঃ সিঃ গোপালনা পীরকপনি, মসিনা ঠিকাদার প্রেমচান্দনা, মসিদুম ফজৈ ঐদি, নঙদি করি খল্লি ?

— আ, হবিনবু ফজরবদি ঐগীসু ফজরেদনা।

— হোয়, নখোয়গী ওঝা তোম্বগীগুম্নদি য়ৌরোইদা।

মালাদু ৱাহৈদুদা মকোক্তা চৈনা কল্লুবা লিনগুমখ্রে, খঙশাও শাউরকই,

শিনি নানি খঙদবগুম খোন কল্লপ হায়রকই— "মী মচাদুগী মমিং হঞ্জিন-হঞ্জিন পনবগী করি কান্নবগে? করিগী ঙাওশিন্নবিরক্লিবনো, ননাক্তা নঙগী ওইনা ঙসিদগী লৈরবসিদা ঐবু অমুক মীগী ওইহনবীরগে হায়রিব্রা? অদু ওইরবদি ঐনা কুন্দো পরেং হুকচবদুদা করিগী য়াবীখ্রিবনো?"

— অদুবুরো, নঙগী খোয়দৌ শাউগৎহনগে তৌবা।

— তাজনীংদ্রে, তাজনীংদ্রে, হৌজিক্তি ঐহাকসে নহাক্কী ওইরবনি। য়োম্থোকনীংঙে য়োম্থোক্লো, মীঙোন্দা পীথোক্লিংলে পীথোকও, তৌবদবু মরমচানা তৌবীয়ু।

— এ থাজদনা চীন কনগদৌরিদা।

— হোয় চীনগন্দবী অমা য়েংবীরুরো।

মালানা অসি হায়রম্লগা হায়দোক্লুনা কাদুদগী থোকখিগে তৌরকপদা তোন্দোনবনা মখুদাং ফারগা, "চৎখিবা য়ারোইয়ে, খম্বন চাউবা হায়বসি নুংশিবগী হৌনশানি, নঙসে ঐগীনি, ঐতগী।"

অদুবু ঈ শাগৎলকপনা মায়থোঙদো অঙাংবা মচু হাইগৎলক্লবী মালানা মখুদাং কম্থোক্লম্মী। অহানবা নুংশি খুদম্লা মায়থোঙদুগী মপা চাবা মফমদা থমখিবদুদা খোয়শাওনবগী মৈরী খর্দি নেমথখি। তোন্দোনবনা মখা তারকই,

— নতৌ য়েংগে তৌবনিদা, নুংশিবা মীদা শাউবদি পাপ পুবনি। ফরেসে, পোৎপাংশিংসিদুম মশীং শুনা য়েংথোক্লসিসে।

— এ, সিমদি কনানা পাংলকপনো, অঙাংবা রিবোন্না পুল্লকপসিবু...?

তোন্দোনবনা কনানা পীরকপনো হায়বা নীংশিংলি। অমুবা চেনা য়োল্লগা অঙাংবা রিবোন্না কারন অনী মথক মখা লাক্লুনা কিবা চেগী অথাবা উপু মচানি। তোন্দোনবনা পোৎ অদুদা মিৎয়েং থম্লগা হায়রকই, "ঐখোয় অনী য়েংমিন্নসি।"

মখোয় অনী চঙদুনা তোন্দোনবনা রিবোনগী কিশি থোক্লগা য়োল্লিবা অমুবা চেদু হায়দোক্লম্মী। মালাদি মপুরোইবনা পোৎয়োম থোক্লিবদু য়েংদুনা লৈরি। তোন্দোনবনা করম্বা মমল য়াম্লববা পোৎপু চেগী উপুসিদা লোৎলিবগে

হায়দুনা মখুমদু শৎ হেক হাংদোক্লুই। ওম্থোক্লসু চেৎনা লুনা হাপ্লকখ্রে। মনুংদুদসু অপাবা, অমুবা চে অমনা অমুক উপু মনুংগী মমায়দু থুংনা খুমজিল্লি। অদুগা অমুবা চেবাংথক্তুদা অঙৌবা মচুনা ইরি— "নঙগী নফমদা!"

তোম্দোনবা অমদি মালা ইঙক ঙকই। তোম্দোনবনা চেগী অথাবা উপু অদু হাংদোকলগা য়েংঙি, মনুং অদুদা চিঠি মচা অমা য়াওরম্মী। মালানা ? তাপ লৌখৎলগা পারকই—

তা তোম্দোনবা !

ঐসু লুহোংলে, নহাক্কী লুহোংবগী পাউসু তারে। অদুগা ঐসুনে নহাক্কী নচাগী মমা ওইরে। লুহোংবগী পোৎপাং ওইনা পুজরে। নুংঙাইরবা পাউ অসি নহাক্কী লুহোংবগী পোৎপাং ওইনসু পীজরি।

নহাক্কী

সন্ধ্যা

তোম্দোনবা তূমিন্না লৈখি। মালা শাউদে, নোকফেৎ তৌনা হায়রকই,

— সে, সন্ধ্যাগী পোৎপাং চিঠি অসি লৌশিল্লু,...ঐসুনে...।

তোম্দোনবনা খঙনীংনা হংলকই,

— নঙসুনে কৈদৌরবা?

— পোৎপাং অমা পুরকই।

মালানা চিংনবা লৈতনা অমদি ঈচঙ থৌনা মখা শমথরদুনা হায়রকই,

— মপা শিগ্রবা পূকনুং থরো অমা লুহোংবগী পোৎপাং ওইনা পুজরকই, ঐবুস্ ঙাকপীগদ্রা? ❐

# নুংশিবগী মমল

নুমিৎ খুদিংগী ঐনা উরেন্বী জুরা অনীবু উজে। ঐখোয় মমাঙগী ইখ্োল মচিন্দা, মী পংচঙ চঙনদবা মোংশোং মচা অসিগী মনাক্তনি। ঐনা নুমিৎ খুদিংগী মখোয় অনীগী শান্নবা য়েংলিবসি অয়ূক, নুমিদাংৱাইরম অমুক, অনীসিদি শোয়বা লৈত্রে। ফনবু নুংশিরে. ঐসে মখোয় অনীনা মী ওইনা লৌদ্রে, মমান্নবা উচেক্কুম্না উরমাল্লে। ঐনা লেপ্পুনা মখোয় অনীগী শান্নবা য়েংবদা মখোয় নারক্তা লোৎখিগে তৌদ্রে, পাইথোকখিগেসু তৌদ্রে, মসিবু করি মরীনো খঙদে।

থা মঙা তরুকলোম হৌখ্রে। মখোয় অনীগী শান্নবা মতমদুদা মতৌ য়েংবা হেক-হেক থোক্কুনা য়েংলুই। পূক্লিংদা করিসু খনবদি নত্তে, মাঙখিগনি হায়বগী ৱারুবসু নত্তে। মখোয় অনীনা হেন্না নুংশিবীরক্কনি হায়বগীসু হরাওরুদে। অদুবু খঙদে, মখোয় অনী য়েংবগী পঙনুংদা নুংঙাইজে। নুমিৎসিদা মীওই খরা শাহুই পুরক্কুনা উরেন্বী তানবনি হায়দুনা লাকই। হুইজাও অহুমসু য়াওই, মখুত্তা নাচৈগুন্বা লম অমগা থগায়, লম অনীরোম শাংবা নম্পোৎকী অমগা মখায় চাওবা অনীসু য়াওরকই। মখোয় করি তৌগদৌরিবনো ঐহাক খঙদে, অদুবু তৌগদৌরিবদু য়েংনিংদুনা ঐ চপ লেপ্পুনা লৈরী। হুইজাও অহুমদু ঐ কয়া হৈনদে,

চীকপদি চীক্তে। মনম শুৎ-শুৎ নম্লগা তোকখি। খ্বাইগী তুংদা পোলাং মচা পায়বা নুপা অমসু তপলি-তপলি চঙলক্লি। মখোয়না হান্না ফারকপা উরেম্বী খরসু পোলাং মনুংদা য়াওরি। ঐহাক খঙলে মখোয়না তৌগদৌরিবসি, উরেম্বী ফাগদৌরিবনি। কৃস্মে নুংঙাইদৌরি। মখোয়গী মরক্তগী অমনা ৱাপন মখোঙদা মখুৎ থিন্দুনা লৈরে-লৈরে হায়না হায়রকই। শনৈবী ৱাপলগী তন্থায় অদু ৱাইদা মপা তাকখি। অতোপ্পা নুপা অদুসু মপা খঙলদুনা মখোয়না পুরকপা নাচৈ মানবশিংদু ৱাপন মখোঙদা পুসিনখি। হুইশিংদুদি খোংদে, তৃমিন্না কুন-কুন্দুনা লৈরি। ৱাপল মখোঙদা নুপাদুনা নাচৈ মানবা চৈশিংদু মপুন থোক্লগা নাচৈ অমা ৱাপল মরক্তা থিনজিনখি। থিঞ্জিনখিবা নাচৈ অদুগী মখোক্তুদা অনৌবা নাচৈ অমসু শমজিল্লি। অতোপ্পা নাচৈ অমগী মতোন্না লৌদুনা ঙাক্লগা তপ্ন-চপ্না মথক্লোমদা ইনখৎখি। অতোপ্পা অমসু ইনখৎখি। চৈশিংদু ইনখৎপা লোয়গা নুপা অমনা 'ব্রু-ব্রু...' হায়না হুইশিংদু কৌরকই। হুইশিংদু থুনা য়াংনা চেনশিনখি। নুপা অমনা, য়ারদ্রা হঙই। নুপা অমনা য়ারনি হায়না খুমখি। অদুদগী নাচৈশিংদু মথক্লোমদা খঙইন অমুক্তং ইনখি। ৱানা ৱাশা মরক্তা লোৎলম্বা উরেম্বীদু চৈনা থিনবগী চৈনা ফংদুনা খংখোং খোঙলগা ৱাপন মরক্তগী অংৱাংলোমদা পাইথোরক্তুনা মোংশোং অমদা লোৎখি। খঙহৌদে হুই অহুমদু উরেম্বীনা পাইথখিবা মোংশোং মরক্তুদা শুরু-শুরু হেক্তা নৈখি। কুইদে শনম্বনা ঈশিংদা ঙা ফাবগুম, হুই অমনা উবেম্বীদু মচীন্না চীক্লগা পীরৈ। কৃস্মে ফনা নুংঙাই। অসুম তৌরগা মখোয় উরেম্বী অহুমখক ফারগা চৎখি।

মথংগী অয়ুক্তা, উরেম্বী অনীগী শান্নফমদুদা উরেম্বী খোংলকপা তাখি। ঐ খুৎ থাদোকপা য়াদবা থবক অমা পায়বনা য়েংবদি য়েংলুদ্রে। ঙরাং ফাখিবা উরেম্বী অদু নীংশিংলকই। অদুগা খল্লকই, ফরেদা ঙরাং ফাখিবদুগী মরক্তা মখোয় অনী য়াওদবোইরে। নুমিত্তুগী নুমিদাংৱাইরমদুসু খোংলকপা তাখি। য়েংলুদ্রবসু মখোয় অনীনা চেম্বোক চেঙ্গিন তৌরদুনা অমুক চীক্লা, অমুক মতু চিংনা তৌবদু য়েংবদা ঐগীদি নুংঙাইজবনি। ঐগী থম্মোয়সিনা মখোয়গী য়াইফনবা ঈশ্বরদা

থৌনিজে, ঐসু অব্রা-অনা তাদ্রি, নখোয় অনীসু নুংঙাইনা কুইনা পুন্সিবা ওইয়ুকো! ঐনা মী ওইরবসু, মখোয়না উচেক ওইরবসু থব্রায় অমমম পাল্লিবনিনা অঙ্কানি। হিংনবগী লাম্বেংনরিবা ঙাক্তনি। খেন্নরিবা হাববু ব্রাখল অমসুং হুকচাং অনীসিদনি। মথংগী নুমিত্তদি অয়ূক নুংথিল নুমিদাংব্রাইরম, অহীং মরিরক শুনা খোঙ্গৎলক্লে। খঙদে, ঐনা উচেক অনীসিদা অসুক থব্রায় য়াম্না য়াওরুরিবসি। মখোয় হেক-হেক শান্নবা য়েংলম্বদুদি তোক্লে। মখোয়গী মখোন হেক তাবগা মখোয়গী হেক্তা খল্লি। করিনো, মীনা ঐগী ব্রাখলসি খঙলবদি ঙাওগদৌরে হায়নরনি। নোংমদা মরিরক খোংলম্বদগী লেপ্তুনা পঙখোংদা খোংলকই। ঐনা খনখি, করিগীনো পঙখোংদা খোংলিবসিনা, মচা কোক্লমদাইগী ওইরবা জাৎলা।

এ শোয়দ্রে, মখোয় অনীগী মচা লৈরনি। উরেম্বী মতৈ মনাওগী অঙাং য়াওরক্লনি। মখোয়গী মচাদু য়েংবা তাই।

নুমিৎ হুম্নিরোম অসুম্না লেপ্তুনা অয়ূক নুংথিল নুমিদাং খোংলম্বদু হন্দক্তি খোংলকপা তাখিদ্রে। ঐনা খল্লি, করি তৌখ্রবনো মখোয়দুবো। মচা কোক্লগা মরুম কোন্দুনা লৈখ্রবরা? নৎত্রগা মচাগী মচিঞ্জাক পীজনবা হোৎনবদা থবক চিনখ্রবা জাৎলা, নৎত্রগা মচা পুদুনা ময়ূম হোংখ্রবা জাৎলা, মব্রা মখোন অমত্তা তাখিদ্রে। হোংজখিসনু, মফম অমদা অদুম লৈবা হায়বসি থব্রায় পানবশিংগী অরেপ্পা নত্তে। হিংবদা নুংঙাইগদবা, ব্রারোইদবা মফম থিবসি অশিংবা মীশিংগী লমচৎনি। অতৈ থব্রায় পানবশিংগীসু অসি মঙাই। হিংবগীদমক অহিংবনা হিংননবা হোৎনরিবনি।

উরেম্বী ফাবা লাক্লম্বা মতুং নুমিৎ তরা নিরোম লৈরগা ঐনা ইখ্খোলদা লা হেকপা চৎলম্মী, ঐনা চঙলিবসি মখোয় অনীনা হেক-হেক শান্নফম ওইরম্বা মোংশোংদুগী নাকন্দনি। ফজবা অফবা লা য়াম্না পাল্লিবসিগী মায়কৈসি তিখ্খঙ পানবা পাম্বী মচা-মচা য়াম্না কৃংনা হৌই। মসি হায়দোক্লবদি লাসি হেকপা য়ারোইদৌরি। ঐনা পাম্বী মচা তিখ্খঙ পানবা পাম্বীশিংদু য়াম্বত্তুনা হায়দোক্লে। চঙদুনা লা হেকপা য়ারে।

ঐহাক্না মাঙলোমদা চঙশিনবা মতমদা, ঐগী মিৎসিদা অঙকপা তুজুংবা নুংঙাইতবা, পৃক্লিং নুংশিবা, ময়ামসিনা পূল্লবা পূনবা শকওং অমা ওইরে। নাপী মরক্তুদা অশিবা উরেম্বী অমা তাদুনা লৈবদু উরক্লে। ঐহাক অশিবা উরেম্বী অদুদা শংত্রিক য়েংলগা করিনো সিদি হায়দুনা লৈরিঙৈদা, মমাঙঙৈদা অহল অমনা হায়খিবা ব্রাফম অমা খঙনিং নীংশিংলকই, হৌজিক্তা হায়দৌনা নাকোংদা তারকই— "উরেনকোম্বৌ, উরেম্বীসিদি জুরাদগী নামা তাবা য়াদবনী, মপাংদু লাক্লিবা ফাওবা খোংদুনা ঙাইবনি, করিগুম্বা লাক্লবদি করি অমত্তা চাদ-থক্তনা, খোং-খোংদুনা মপাংদু কৌর-কৌরদুনা অদুম শিবনি।"

অস! অসি ওইরেকো; মখোয়না ফাখিদে খল্লুবদুদি মপাং অমদি ফাবিগ্নবরোইকো, অদুগা মপাং অসিনা নুংশিবগী মমল পীগ্নবোইরেকো! ☐

# নুপীগী অরোনবা

নুমিত্তু ইতোবা মাগী মাঙ্গোলগী ফমেন্দা থারিবা ফক্তা ফমদুনা লৈরি। মতোমতা নুংশুক নুংজানরি। কুমগী নোংনা শুমাঙগী লৈমায়থক্তা তারি। মাগী নুপী জামিনীনা চা অঙাঙবা গ্লাস অমা পুথোরক্লুনা মপুরোইবদা পীরগা হায়রকই, "চা সিদা লৈরে।"

ইতোবনা খঙয়েং য়েংলগা ঙঙলদুনা হায়রকই, "মানি মদু সুরেসকী ঈনি, ঙম্মোয়, ঐ মাগী ঈমক থকপা। ঐনা মাবু থাঙনা য়াম্দুনা হাংখি। মহাক্না ফ্রিং-ফ্রিং চোংনা শিখি, হায়বসি অচুম্বনি। মাগী মীশিদু ঐগী অপেনবনি।"

ইতোবগী ব্রাহৈশিংদা জামিনীনা ইঙক ঙক্না হায়রকই "করিনোনে হায়বীরিবদু, মমৈ মকোক শম্লদ্রে, চা হায়বনি।"

ইতোবা ফিক্কংলকই,

— করি নঙনসু ঐবু মীহাৎপা কৌরবা, মানি ঐনা সুরেস হাৎপনি।

ইতোবা কোইলাউ লাউবা হৌরক্লে। জামিনীনা ঙাইহাক ঙক্লম্বদু ব্রাখল লাক্লে। মহাক্কী মপুরোইবসি করিনো অমা তৌরে হায়বসি খঙলদুনা থেম-নৌদুনা ইমুঙদা পুশিল্লে। মনাওনুপা থাদুনা ডাক্তর কৌহল্লুরে। ডাক্তর লাক্লবদসু লাইওং

খঙবা ঙমদনা হীদাক খরা ইরম্লগা অদুম তোক্লে। অদুবু লাউ-খোঙবা, পংঙাঙদা ঙাঙবদু তোক্লবা ইঞ্জেক্সন অমা কাপশিল্লে। মসিগী মতুংদদি ইতোবা লাউ খোঙবা তোক্তুনা নুংঙাইনা তূমথখ্রে। ডাক্তর অদুসু লৈকায় অমত্তদা লৈবনিনা ঙাইহাক লৈরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "অমুক খুদোংচাদবা লৈরগসু লাক্লে, পাউ খঙহল্লকউ" অসি হায়রম্লগা চৎখ্রে।

পূং অনীমুক্কী মতুংদা, ডাক্তর অদু ঙাইহাক পোত্থারুরগা নুংঙাইত্রদুনা অমুক লাক্লে। ইতোবসু মীকপ থোক্লকই। ডাক্তরনা মী অমত্তা ইতোবগী হিপফম কাদা চলক্তনবা হায়রম্লগা লাইয়েংবা হৌখ্রে। ফনা কুইনা লৈখি, জামিনীসু মনাওনুপাগা মপান্দা মরু লূকথনা ৱাখল তৌরি। মনাওনুপানা হায়রকই,

— ইতৈমা, তাচৌবু অসুম্না তৌবসি হান্নসু মরক-মরক্তা তৌবরা?

— ঙসিনা অহানবনি ঐনা সিদা লাকপদগী।

— অদুবুদি ডাক্তরনা য়েংলিদনা।

মখোয় অনী ৱারী শান্নরিঙৈ, তাঞ্জসিদা ডাক্তর থোক্লক্লে। জামিনী ইপা-পাখৎলি ডাক্তরগী নাক্তা চঙশিল্লি। অনাবগী মওং মতৌ করি লায়য়োংনো হংজৈ। ডাক্তরনা অঙাংশিং অমদি অতৈ চখোকহনখ্রগা জামিনী মতোমতা ঙাইরবদা হায়রকই,

— ইবেম্মা, লায়নাসি খরা লুই, হায়বদি অরোনবা ঙাকপগীদমক্তা চোকশিনবা চঙই। ৱা-ৱা লাউবা য়াবা নত্তে। নহাক্কী ইবুংঙোসিনা নঙ লৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা করিগুম্বা নিঙাই শংদানবা ৱাহৌ অমদগী ৱাইখোম সুরেস কৌবা নুপা অমা অহীংদা মানা চখোক্লবদগী হঞ্জিল্লকপদা কনাসু খঙহন্দনা থাঙনা য়ান্দুনা হাৎখি। সুরেস হাৎখিবগী মতাংসিদা পুলিসনা কেস অমা লৌখত্তুনা মীহাৎপা ফাননবা য়াম্না কন্না হোৎনরি। অদুবু অরোনবা অদু কনাসু খঙদনা লৈরক্লি। পুলিসনসু কেসতু কক্লি। কুইরবা মতুংসিদা পুলিসনা খঙলক্কদ্রা হায়বগী ৱাখলসি মহাক্কী ৱাখন্দা হেক লাকপদা অকীবা, থকৎপনা মাগী ৱাখন্দা য়ৈদুনা মীরোন তাহন্দে। মসিনা মরম ওইদুনা ৱাখলগী মপাঙ্গল শোম্বুরক্তুনা মীওইবগী ৱাখল মাঙখিদুনা মহাকপু অঙাও

অফৈ ওইহল্লি। কেস অসিদা মহাক সরেন্দর তৌবসু কি। অদুবু মীহাৎপগী থবক্তুদি হায়দোক্লীংই। অদুননি মহাক্লা হায়নি হায়রোই খণ্ডদ্রিবসি। ঐবু লায়য়েংঙু হায়রবদি অরোনবসি মী খণ্ডহনগনু, ঐনা ফনবা লায়েংগনি, মরক্তা পাউসি পুলিসনা খণ্ডখ্রবদি মহাকপু ফাখিগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি।

জামিনীনা হায়রকই, "তামোনা ফনবা তৌবীয়ু। নচলগীদি মহাক লৈত্রবদি লোয়রবনি। ঐনা ঙস্কমখৈসু হোৎনগে।"

— ফরে, নহাক্লা নপুরোইববু চোকশিনগদবনি। ঙসিগীদি ঐহাক অমুক চৎলগে, নুংঙাইনা পোত্থাহল্লু, ইঞ্জেক্সন অমসু কাপ্পল্লবনি।

ডাক্তর চৎখ্রে, জামিনী মপুরোইবগী নাক্তা চঙলগা য়েংলুই, মপুরোইবসু নুংঙাইনা তুল্লি। মসিনি মীওইবগী পূক্সি! মীকুপ খুদিং, খোঙথাঙ খুদিংমক্কী খুদোংথিবা ঙাক্তা, লাইবক থিবনা পূক্সিবু লানখিগদবগী লুমদুনা লৈ। ইতোবনা ইমুঙদগী শুমাঙ মাঙ্গোন থোক্লক্ত্রিবা ফনা কুইরে। ডাক্তরসু নোংমতা লাক্তবা নুমিৎ য়াওদে। জামিনীসু মপুরোইববু ফরবদি হায়না লৈজবা মাল চাং য়োম্লোক্তুনা হীদাক লাংথক্কী পৈশা ব্রাৎহন্দনবা হোৎনরি। পোকপদগী করিসু য়াওরবক্ত্রবা ব্রাক্তুনদা লাক্লবা মীওইবগী মপোক্লি। লৈরম্বা খরসু লোইশিনখিব' মথোঙ মরম খঙহৌদে। জামিনী পৈশা লৈরক্ত্রদুনা হংবা য়াবা, লৌবা য়াবা, পূ'া য়াবা, মাগা ওইবা মী থিরকপদা মনাওনুপী য়াইস্কুল ওংবী জ্ঞানেশ্বরী নীংশিলক্তুনা, উনদবসু কুইরে ইনাওদু হায়না অসুম লাক্লে। নিঙোলশিংগী নুংশিনবসি ময়ূম পান্নরবা, মাগী মাগী মফম খঙনা তোঙান-তোঙান লৈনরবদনা হেল্লি। মচীন-মনাও উনবে। শানগদৌবা ব্রারী লোইনমক শান্নরে। অদুবু ব্রারীগীদি লোইবা লৈতে। কুইনা উনদ্রবনিনা, অমরোমদা মপুরোইবা নাদুনা লৈহৌরিবা জামিনীনা পূম্নমক্তু শুপচন্দুনা হায়রকই, "জ্ঞানেশ্বরি, ঐনা লাক্লিবসি নখোয়গী নতৈদু লায়য়েংলকপসি থা মাপল হেল্লে, ফবা কৌবা লৈদ্রি, মহাক লৈত্রবদি ঐগীদি লোইরবনি। অদুনা নঙোন্দগী লুপা লীশিং ৪ / ৫ দং লৌগে, কোন্না অমুক তন্না শিংগে হায়দুনা লাক্লিবনি। নঙ উপায় অমত্তা তৌ।"

— হেরা পৈশাগীদি অরায়বনি, ইতৈ নাই হায়দি ঐখোয়দি তাদেনা,

তারবদি নহান্না হংবা লাক্লনি, লায়নাবু করি লায়নানো?

— অদুবুরো, নাকোঙ অনীদি শুহনবা য়াদে, খঙঙেদনা। কদায় ঐ চৎলগে, অনাবা মতোমতা লৈহৌরিবনি।

মনাওনুপীগী মনাকোং ময়াদা চঙশিন্দুনা মুরুম-মুরুম ৱাফম খরা শোল্লল্লগা পৈশা লৌরগা জামিনী প্রপ-প্রপ অদুম লাক্লে। খ্বাইরম্বন কৈথেল ফাওবা চঙলক্তে। মপুরোইবা করম তৌরমগদগে খনবদা। মহাক্না খঙই, মনাউনুপী জ্ঞানেশ্বরীসু অনাবা হংবা শোয়দনা লাক্লনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাবু য়াম্না নীংজবনি। জামিনীনা খল্লিবদু অচুম্বনি। মনা ওনুপীসু মচেগী পৃক্লিংগী অৱাবা শরুক য়াবা ওইনা মতৈগী অনাবা হংবা চৎনীংই। জ্ঞানেশ্বরীনা মহাক্না চৎমিন্ননবা মনম্মা তোম্বী হৌগে খল্লি। মখোয় মনম্মা তোম্বীসি মীনদি মৌ হল্লকপী, লৈকায় থুংনা কোয়বা, মীৱা ঙাঙনবগী পাউজেল চৎলিবী মৌনি হায়নরিবনি। অদুবু চৎনবী হৌন-লোনচৎ খঙবদদি মাগুম্বা লৈতে লৈকায়সিদা। মাগী হৌন-লোনচৎ খঙবসু মতৈদা খঙহন্নীংলম্মী। নুমিদাংগী চাক চামিন্নবদা জ্ঞানেশ্বরীনা ৱা হৌদোক্লকই।

— ইনম্মা, হয়েংদি ঐখোয় ইচে জামিনীগী ইতৈদু কন্না নারিমাল্লে, হংবা চৎনীংই, ইনম্মা থবক অচীনবা থোইনা লৈত্রবদি খরা চৎমিন্নসি হায়ববু...।

— চৎসু ঙাইদনা, লায়নাবু করি লায়নানো?

— ঐসু শেংনা খঙদ্রি, ব্রেন ডিপ্রেসন তৌবা সাইক্রিয়াট্রিক্কী লায়না ওইরমাল্লে। ইচেনা হাইফেৎ হায়রম্বনি।

— নতৈগী মিংদুবু, ইতোবা হায়বা নত্রা, ফনা ফবগুম তৌবদাইনে। মাদি কদোমদগী নারক্লিবনোদুদি?

— হেরা অদুবুরা, ৱাসি নাকোঙ অনী শুহনবীনু হায়রম্মী। ঐখোয় ইমুঙদগী হেন্না অতোপ্পা তাহনগুমসি। ইতৈ ইতোবনা ঐখোয় ইচেসি লৌদ্রিঙৈদা, থাঙনা য়াম্দুনা মী অমা হাৎখিবা জাৎনি। পুলিসনদি ফাবা ঙমখিদ্রবা, খঙখিদ্রবা, অদুনা ৱাখল হেক খল্লকপদা হেক্তা হৌরকপনি হায় অদুগা মতোমতসু পঙকিদা কি হায়য়ে। মখোয় অদুৱাইগী ডাক্তর অফবা অমনা লায়য়েংবীরি, য়াম্না থুনা

ফরনি হায়রম্মী।

— ফরে, ফরে চৎপা হায়দুনি। ঙন্তা চৎলুসি, ঙন্না হল্লকসি।

— ঐদি হয়েংদি সিনেমা প্রোগ্রাম অমসু লৈ।

ব্রারী ময়ামসি মতমগী ঈপাক্তা লোইনা তাউথখি, কনাসু খঙহৌদে, খনসু খল্লুদে। পূম্নমকসি তুরেলনা সমুদ্রদা তিনখিবগুম মতমগী ঈপাক্তা তিনখিগনি, জামিনীসু মপূক্লিং হরাওজরে। ডাক্তরসু মায় পাক্লে। ইতোবগী অনাবা ফরে। অনাবা ফবগী চা অহাওবা অমত্তং থকমিন্নসি হায়না ইতোবা, জামিনীনা শীঞ্জদুনা ডাক্তরবু কৌজরি। মখোয়না ঙমজবা থাক্তা ফুরিৎ অমত্তগা নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা কচ্চগে হায়দুনা থৌরাংজবনি। মখোয় ময়াম মরাং-মরাং লাংনদুনা লৈরিঙৈসিদা মখোয়গী কোম্প্লোংদা গাড়ী অমা খামখিবগী মখোন অমা তাখি। কনাবু লাক্লিবনো, মরাইনা চঙজরক্কনি, অসুক য়াম্না নুংঙাইরিঙৈদবু খন্দোক্লখি। জামিনীনা ফুরিৎ পুথোক্তুনা ডাক্তরদা খুরুম্লগা কৎলি। ডাক্তরনসু অব্রা অনা পূম্নমক কোক্লো, "নুংঙাইবা য়াইফবা ওইরো" হায়না বর পীরগা চাদু থাঙ্গত্তুনা চূপকে তৌরকপদা, শুমাঙদা লেপ্লিবা পুলিস ইন্সপেক্টরদুনা,

— সিবু মোইরাংথেম ইতোবগী য়ূম ওইরব্রা?

— মানি, করি তাকপিগদবা, ঐ ইশানি চিংনবা লৈতনা হেক্তা হায়বীয়ু।

— অদুদি পুলিস ষ্টেসন্দা ঙাইহাক্তা লেঙলুসি।

ডাক্তর তহা-তহানা, চা কপ্তু থম্লগা হায়রকই,

— করি মরমগী, খঙজবা য়াগদ্রা?

— মতম কুইরবগী ব্রারীনি, সুরেস কৌবা নুপা অমা হাৎখিবগী মর্দর কেস অমগী মতাংদা চেন্নদুনা ব্রারেন্টকা লোয়ননা লাকচবনি।

ইন্সপেক্টর সাহেবকী ব্রাহৈদু তাবদা ডাক্তরনা, "ইস" হায়দুনা শোল্লগা মকোক পায়দুনা লৈমায়দা য়েংলগা নীঙ্গাংনা ফমথখি। জামিনীসু ঙক্তুনা য়েংদুনা লৈরি।

পুলিস কন্সটেবল অমনা ইতোবগী মখুত্তা হেন্দ কপ চনখি।❑

# নাথৈখ্রবা

য়াইমা মচীন-মনাও মঙাগী মনুংদা অহুম শুবনি। য়াইমনা য়াম্না পীক্লিঙৈ চহী ৪/৫ শুরকপদা মচীন-মনাও মঙাগী অপোকপী সংসারদগী অৱা-নুংঙাইবু থাদোক্লুনা লাইরম্লেনদা তিনখি। অপোকপা পম্খৌস্ পীক্লিবা মচা মঙাবু নাওয়োক নাওকোন্দা ওম্থোক্লা ৱাই। মতম্না কনাবু ঙাইদনা অসুম অসুম চৎখি। মচীন-মনাও মঙা মপুঙ-মবৈ ফারক্লে। মচে যাইমসু মপুঙ মরৈ ফাবক্লে। মখোয় মচীন-মনাওসি নাওরোল য়াম্না খুই। মচীন-মনাও মঙাগী খ্বাই ইতোন তোনবী মচল নুপী বিমোলাদি মপাগা পোকমিন্নবা মপম্খৈনা য়োকচখি। অদুগা য়াইমদি মমা লৈখিদ্রবা মতুং নুমিৎ কুন্নিরোম শুবদা মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মা অহন্না নাওকোনখি। মাম্মা অহল আসামদা গাড়ী থৌবগী থবক তৌই। মনে অচৌবীসু মাম্মাগা লোয়ননা আসামদা লৈ। মনেচৌবীগী মচা, ননাওদগী চহী অহুমলোম হল্লি। য়াইমগী থবক্তি ননাও শেন্নবনি। য়াইমা আসামদা চহী ৭/৮ লোম মহাক্কী মাম্মাখোয়গা পূন্না লৈরে। য়াইমা চহী ১১/১২ শুরকপদা মাম্মাখোয়গা লোয়ননা মণিপুরদা থোক্লকখি। অদুবু, য়াইমা ময়ূমদা লাকখিদে। মাম্মাখোয়গী যূম নিথৌখোংদা চৎপা তাখি। য়াইমা লাক্লে হায়বগী পাউসু

মবোক্লা মপাগী মফমদা খঙহ্নখি। পাউ ফংবগা য়াইমগী মপা নিংথৌখোংদা লাকখি। য়াইমবু পুরগা যূমদা হল্লকখি। মখোয়না যূম য়ৌরকপা মতমদুদদি নুমিৎ তারে। য়াইমগী মপানা হায়রকই,

— ইবুংঙো য়াইমা, নঙ আসামদা লাইরিক তম্বরা ?

— পাবুঙ কদায়দগী লাইরিক্লোদা, ননাও শেন্নবদা ঐগী ইফি ইরোল ফাওবা শু-চাম্বগী মতমফাও ফংদে।

— ফরে-ফরে, ননেচৌবীনদি নঙবু লুনা-চান্না তৌবীকো?

— নেচৌবীদি য়াম্না ফৈ, ঐবুসু লুনা তৌবী। ঐনা অপাম্বা ফুরিৎ খোঙগ্রাও পাম্মীবু হায়রবদি হেক্তা লৈবী।

— নঙগী মাম্মাচৌনদি লাইরিক তম্মু হায়দ্রা?

— এ, কদায়দগী, মাম্মাচৌদি নোঙ ঙানবগা চৎখিবদুনা নুমিদাং পূং ৭/৮ অদুরাইদা হল্লকই। য়ু তপ-তানা থক্লকই, মরোল ফাওবা থোক্তে। ব্রা লান অমত্তা ঙাংনবা য়াবা নত্তে। তপ তানা থক্তুনা লাক্লিবা অদুদগীসু পেন্দ্রদুনা ইবুংঙো য়াইমা মাম্মাচৌগী নাক্তা চঙলকউ, সে লুপা ১০ সি পুরগা য়ু খরা লৌরু, ইস্মাকতি মরম মোকপনি কা হায়দুনা ঐবু নুমিদাংদগা য়ু লৌবা চৎহল্লি।

— ঙাইখো য়াইমা, নঙদি য়ু য়োনফমদি কমদৌনা খঙই?

— নোংমাইজিং খুদিংগী মাম্মাচৌগীদি ছুটিনি। গাড়ী থৌবা চৎতে, নোংমা মাম্মাচৌনা ঐবু পুরগা য়ু য়োনফমদুদা চৎলুই। অদুদগী খঙবনি।

— ননেচৌবীদি নুমিদাংদা য়ু লৌবা চৎপদু করি অমত্তা হায়দ্রা ?

— নেনেচৌবীদি মাম্মচৌগী শাজত্তু য়াম্না পামদে। ঐবু য়ু লৌরুবু হায়রবদি মাম্মাচৌগা নেনেচৌবীগা খৎনরে। খৎনবতা নত্তে, ঐনা অঙাংদা পাখোন শীববু নঙগুম্বনা থিংবা, অদুগা নেচৌবীদা লৈরম্বা পোৎ অমনা হেক্তা পায়রগা থোম্মী। অদুদগীদি ঐ কিজদুনা য়ু য়োনফম তান্না চেল্লে। ঐনা য়ু পুরগা ইমুঙদা চঙলকপাকান্দদি ইমুঙদু পুমচাই... নেচৌবীনা থোংলম্বা চাক ইঙ্খাংদু লোইনা লৈবাক্তা। নেনেচৌবীগা ননাওগা চাকখুমদা কপ্লগা লৈরম্মী।

তাঞ্জা অদুদা থোঙদা কক-কক থিল্লকই। মচে অহলনা থোঙ হাংদোক্লুই। মচল অতোপ্পী বিমোলাগা মপঙ্খৌগা চঙলকই। মচে অহলনা মপঙ্খৌদা ফিদা পী, মপঙ্খৌসু ফিদাদুদা ফমথে, অদুগা য়াইমাদা হংলকই,

— ইবুংঙো য়াইমা, ইচা লাক্লেদনা...।

— হোয়, ইপঙ্খৌ।

— আ, ইবুংঙো য়াইমা নঙনা লৈরুরিবা লমদুবু আসাম হায়বদাই ?

— হোয়, ইপঙ্খৌ আসামনি।

— নঙ অমুক আসাম চৎখিগদ্রা ?

— ইপঙ্খৌ, ঐদি চৎনিংদ্রে, য়াম্না ব্রায়, য়াম্নসু শাই, আদা লৈরবদি লাইরিক তম্বা ফংলরোই। ঐ লাইরিক য়াম্না তম্নিংঙি, অসিদা লৈরগা লাইরিক তম্লগে।

— হোয়-হোয় চৎলুরনু, হয়েং ইপঙ্খৌগা স্কুল চৎলগা মিং চল্লুরসি, তমগদৌরিবা লাইরিকসু লোইনা লৈরক্লসি।

য়াইমা মপঙ্খৌগী ব্রাদু তাবদা হরাও-নুংঙাইবনা মমিত্তা পি শীঙ্খিবা খঙহৌদে, য়াইমা লাইরিক তম্বা ফংলনি হায়বগী নুংঙাইবা ফাওজে। মপঙ্খৌবু য়েংজরগা মোমোন্নজে। মপঙ্খৌনা মচানুপী বিমোলাদা য়েংলগা হায়রকই,

— বিমোলা ঙসি নুমিদাংদি নবুংখোয় নচেখোয়গা চাক পূন্না চামিন্নরো, নমাসু কৈথেল কূম্লকপা মতম ওইরে। ঐ ওকপিরুখিগে, কৈথেল নমোক থিলহল্লকে। মসি হায়রম্লগা মপঙ্খৌ চৎখি।

মচে অহল মেম্মানা নুমিদাংগী চাক এঞ্ছাং থোং থাকপা লোইরদুনা চাকখুমদগী কৌরকই,

— বিনো, বিমোলা ববাসু চাক লোইরে, চাক চারসি হায়য়ু, য়াইমা নখোয় লোইনা লাকও, চাক ঈংখ্রগনি, চাথোক্লসি।”

মচানুপী মেম্মানা চাকশঙদগী হায়রক্লিবদু য়াইমগী মপানসু তারে। য়াইমাগী মপানা হায়রকই,

— ঙাইখো-ঙাইখো ইপা ইচা বস তোংলকপগী হকচাংসি অমুক্তা চাইথরুখিগে। অদুগা য়াইমা, নমায়-নমিৎ নখোঙ-নখুৎ শেংনা চামথোক্লু।

— আ, ঙসিদি ইপা ইচা নখোয় পূন্না চাক চামিন্নরসি।

য়াইমগী মপানা অসি হায়রন্নগা মপা-মচা মপালদা শেংদোকপা থোকখি। নুমিদাংগী চাক্লেন্দু চামিন্নরগা মতুং ঙাইহাক ৱারী শান্নরিঙৈ বিমোলাদি তুমথগ্রে, অঙাং ওইবগী হৌনশানি। মপানা হায়রকই— তুমজখ্রসনু।

মচে অহলনা বিমোলাবু পোরগা মপম্থৌগী মনাক্তা থিনবীখি।

য়াইমা মপম্থৌনা স্কুলদা মিং চনবীরে, লাইরিকসু তম্বদা চঙগদবমখৈ লোইনা লৈবীরে। য়াইমনা অহানবা মপী লাইরিক তম্বা হৌবসি মশাগী চহী ১২ শুবা মতমদনি। য়াইমা চাউজবগী ৱাতনি, ৱাখলদি চহী ৫/৬ শুবা অঙাংগী ৱাখলনি। য়াইমগী হৌমিন কামিন্নবা মরুপ মপাঙশিংদি লোইনমক ক্লাস ফাইভ/সিক্সতা তল্লি। য়াইমা নুমিৎ মরিনি-মঙানি স্কুল কারন্নগা (চৎলন্নগা) স্কুল চৎপা তোকখ্রে। য়াইমা স্কুল চৎপা তোকখিবদা মচে মেম্মনা হংলকই,

— করি তৌরে লাইরিক তম্বা চৎত্রবদি?

য়াইমনা ইপঙ-পঙনা মোঙ হাদনা নুংঙাইতবা অমগা লোয়ননা খুন্নকই,

— ইচে, ঐ লাইরিক তম্বা চংলরোই, ইমান্নবা অমদি অউবা মীশিংনা নোক্নরকই। অসুক চাউরবসিনা মপী লাইরিক তল্লি, বুদুনি হায়দুনা নোক্নবীদুনা লক্নরকই। অদুনা ইচে, ঐ যূমদা পারগে, ইচেনা খরা তাকপীয়ুকো।

— ইচেসু লাইরিক তমদে, বিনোসু, নবচন্দ্রসু, বিমোলাদি খরা তম্বনি, ইতোন তোনবীনি হায়দুনা কেবদা স্কুল চৎলু হেক হায়রুবদা নিঙাই হেক্তা তৌই। ঐ বাবা লাক্লগা নঙনা পাল্লিবদু হায়গে।

অসুম তৌনা য়াইমা মপানা মখোয় লৈকায়দা লৈবা খুন্দোংবম নিংথেমজাও কৌবা ওঝা অমবু হায়নদুনা লাইরিক তম্বা অমুক হৌই। অসুম তম্বদুনা অহানবা মপী লাইরিক, অনীশুবা মপী লাইরিক অমদি মঙাশুবা ফাওবা ওঝা নিংথেমজাওদগী তমখি। মঙাশুবসিদি বোর্দনা লৌবনি হায়দুনা পরীক্ষা

অমা তৌই। য়াইমা পাস তৌই অদুদগীদি য়াইমা হায়স্কুল কারে। ক্লাস থ্রি তল্লে মথং-মথং তম্বদুনা ক্লাস সভেন পাস তৌরে। ক্লাস আইত তন্না মতম অদুদনি য়াইমা মমা পোকপী মবোক্লা য়াইমবু লৌবা লাকখিবদু। মতমদু নিংথৌখোংদা লোক্তাক প্রোজেক্কী, প্রোজেক্ট হৌনবগী য়াম্না লাংবা মতম অমা ওইখি। য়াইমগী মামহলসু লোক্তাক প্রোজেক্টা ড্রাইভর ওইনা চঙলে। তলবসু য়াম্না চাওই। মণিপুর সরকারগী মখাদা লৈতবা অদুনা ওইরম্বা তাই। মবোক্লা হায়বদু য়ারদুনা নিংথৌখোংদা অমুক লাক্লে। মবোক্কা কোম্থোং হাংদোক্কুনা চঙশিনখিবদা মাম্মাচৌদু মাঙ্গোলদা ফল্লগা লৈরম্মী, নাকলদা য়ু অঙৌবা লিক্লি অমসু লৈরম্মী। প্লেট অমদা অচা-অথক খরসু য়াওরি। য়াইমবু উবদা মাম্মচৌনা হ্রাও-হ্রাও কৌরকই,

— ইমাক লাক্লেদনা

— হোয় মামচৌ

— অসুক কুইবসি নঙদি করি-তৌদুনা লৈ ?

— মামচৌ ঐ লাইরিক তমলে ক্লাস আইত তল্লি।

— ফরে-ফরে অদুদি নহাক লাইরিক কন্না পাউ কুমসি চহীদা মেত্রিক পরীক্ষা থাবা য়ানবা মামচৌ শীনবিরগে। ইমুঙদা চঙউ ননেচৌবী চাক থোংবা লোইরম্লগনি ননাওগা পূন্না চাক চামিন্নরো।

— হোয় মামচৌ ননাওদি উদে কদায়দা লৈবগে।

— নঙগী মামতোন খোয়দা লৈরমগনি ননাওদু নঙ লাক্লে খঙলবদি হরওবনা লোইরনি।

— অদুদি মামচৌ ঐ কৌরুগে।

— হোয়-হোয়।

ঐ নিংথৌখোংদা লৈরে। ক্লাস টেনগী লাইরিক লোইনমক মামচৌনা লৈবিরে। মতম পূম্নমক্তা ঐ লাইরিক পাদুনা লৈ। ঐগী থবক হায়ববু ইংখোল শম্বল খরা শেমজিনবা মনা-মশিং থানবা লৈবাক খরা তৌবা অসিনি।

ঐ য়াম্না নুংঙাইনা লৈরিঙৈ নোংমা মামচৌ মায়থোঙ মকশিন্না ব্রাকা ইঙাঙ ঙাঙদনা ইমুঙদা চুমদ্রিং চঙখি, মতমদু ঐ মাঙ্গোলদা লাইরিক পাদুনা লৈরি। ইঙক ঙকই নুমিৎ খুদিং মামচৌনা যূমদা হঞ্জিল্লকপা মতমদা ঐবু হেক-হেক হংবনি। অদুবু ঙসিদি মমিংনা উনা-উনা ঐবু কৌরমদে। পীক্লবা ঐগী থম্মোয়দা মওন-মওন খল্লি। ঙসিসিবু ঐনা মামচৌদা করি অশোয়বা তৌখ্রবগে ? ইমুঙদদি নেনেচৌবীগা মামচৌগা ব্রারী শারি। ময়েক শেংনা তাবদি নত্তে। মিনিত ২০ (কুন) গী মতুং নেনেচৌবীনা ইমুঙদগী মপাল থোক্লকই। নেনেচৌবীসু নুংঙাইতবা পোৎলুম অমদি লোয়নরকই। ঐবু য়েংলগা হায়রকই,

— য়াইমা। (খোঞ্জেল তপ্না কৌবকই।)

— নেনেচৌবী

— নঙগী মামচৌসি য়াম্না নীংবা কায়বা ব্রারৌবগা মথ্রাই য়াম্না নুংঙাইত্রে, ঐসু পাউসি তাবদা ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে।

— নেনেচৌবী করি তৌবা য়াওখ্রবগে, লম্বীদা গাড়ী য়াদ্রব্রা ?

— অদুগী নত্তে, নঙ মামচৌদি ঙসি ওফিসতগী ছুতি লৌবনি। নঙগী মেত্রিক থাবগী ফোর্ম লৌবা চঙলুবনি। মদু য়াদ্রে হায অদুগীনি। মতম হেন্দোকখ্রে। স্কুলগী ছাত্র লোইনমক্কী ফোর্ম বোর্দতা সবমিত তৌখ্রে হায়।

— নেনেচৌবী অদুদি ঐ মেত্রিক পরীক্ষা য়াওবা য়াররোই।

— হোয় অদুগীনি, নঙ মামচৌনা মথ্রাই নুংঙাইত্রিবসি। নঙসু করিসু খল্লুরনু মথং চহীদা থারসি লাইরিক কন্না পাউ ডিবিজন ব্রাংনা লাক্লবা।

— নেনেচৌবী ঐ যূমদা চৎলুগে, ঐখোয়গীদুদা য়াবরা য়েংলুগে।

— ঙাইখো, নবোকখোয় লাকখিসনু অদুগা ঐখোয় পূন্না খন্নখিসি।

নুমিদাংদা অবোক, নেনেচৌবী, মামচৌ ব্রারী শান্নরে। অবোক্লা ঐ যূম অমুক চৎপসি অয়াবা পীরে। মামচৌসু অবোক্কী ব্রাদু য়ারে। মথংগী অয়ুক্তা ঐহাক যূমদা লাক্কে। ঐ যূমদা চঙলমদনা ঐগী ইমান্নবা খুন্দোংবম কুমারখোয়দা চঙলে। ঐবু উবদা ইমান্নবা কুমারনা হরাও হরাও কৌরকই,

— ভাই, য়াইমা।

— ভাই, কুমার।

— ভাই ঙসি লাকপরা, নৎত্রগা ঙরাং লাকপরা ?

— ভাই কুমার হৌজিক লাকপনি। য়ূমকা চঙলুদ্রি। ঐ ভাইগা ৱারী অমা শান্নগে হায়দুনা লাকলিবনি।

— ভাই, করি ৱারীনো ?

— ভাই কুমার, ঐ কুমশি চহীসি মেত্রিক পরীক্ষা থাগে খল্লি।

— ভাইদি ক্লাস আইতসু পাস তৌদ্রি ?

— ভাই ক্লাস আইত পাস (তৌবগী) সারটিফিকেত লৈরে।

— ভাই অদু লৈরবদি ঐ য়াননবা হোৎনরগে।

— ভাই অদুদি য়াম্না নুংঙাইরে।

— ঐগী মরুপ্না শীনবীদুনা প্রাইভেট স্কুল অমদা সবমিট তৌখ্রে।

ঐহাক লাইরিক কন্না পাদুনা মেত্রিক পাস তৌনবা হোৎনরী। মেত্রিক পরীক্ষা লোইখ্রে। ঐহাক ডিভিজনগী অশাদি খল্লুদে, পরীক্ষা পাস তৌবা অদুখক্তনি। থা অহুমগী মতুংদা পরীক্ষা হায়দোক্লে। ঐ অমদি মরুপ কয়াসু থার্দ ডিভিজনদা পাস তৌরে। মরুপ কুমাবগা লোইননা ইম্ফালদা লাক্লে। মোর্ডন কলেজদা পি.য়ু.সি. ফার্ষ্ট ইয়ারদা মিং চল্লে। ঐখোয় অনী য়াইস্কুল পুলিস লেন্দা ভারাগী কা অমদা পূন্না লৈমিন্নে। চান-থক্লবা পোৎলম খুদিংমক য়ূমদগী হেক-হেক পীরকই। সেকেণ্ড ইয়ার চল্লমদাইদা নোংমা য়ূমদা চৎলুই। নুমিৎত্তু য়ূম চঙলমদনা ককচিং য়ৌনবা চৎলি। মরমদি ঐগী মরুপ অমসু খা মনিপুর কলেজদা পি. য়ু. সি. তম্লি। ঐগী মরুপতু হৌরগা য়ূমলোমদা চৎলি। ঐসু য়ূমদা লৈহৌরে। মহাকসু ময়ূম চৎখ্রে। নুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা লোইরগা ঐদি ফমুংদা চঙলে। নোংঙালে, নুমিৎত্তু ঐ য়াহৌ খরা থেংই। মরমদি লম্বী শাংনা হৱাগাড়ী তোংলকপা অদুনসু ওইবা তাই। ঐহাক্না হৌগৎলকপা মতমদা ঐখোয়গী মাঙ্গোলদা অহল মরি মঙা ফমদুনা ৱারী শান্নদুনা লৈরম্মী। নুপী খরসু লৈ। ঐ থোইনা খল্লুদে, অহল ময়াম

ব্রারী শান্নরিবোই খল্লি। ঐহাক চুমদ্রিং থোকখিদুনা মমাঙগী পুল্লি অচৌবা য়ৌরে। ইমাবোকসু পুল্লি ময়া ওইরপ্লা কোন ফেঙদুনা লৈরম্মী। ঐবু উবদা ইমাবোক্না হায়,

— ইবুংঙো য়াইমা নপাবুংগী নমা অতোনবী অমা পুরক্লে। নখোয় ময়ামসে নপাবুং মথন্তনা হোৎনবসি ঐখোয়সু য়েংবা নুংঙাইতে, হৌজিক্তি নমাতোনসিগা হরাও-হরাও লৈমিন্নরো। ইনাক লৈরাক খুনবা ইমুঙগী মচানি। মচানুপী অসিখক্তনি, নুপাসু য়াওদে।

ইমাবোক্কী ব্রাদু তাবদা ঐহাক ইকায় নুংশি য়ান্নে। ঐনা ইয়াং-য়াংনা ইমাবোক্তা হায়,

— ইমাবোক ঐখোয় পীশক পীক্লিভৈদা তৌগদবা থবক্কুনা, ঐখোয় লোইনা চাউরে। মীগী মমাঙদা ইকায়জে।

— ইবুংঙো, নপাবুংনা খল্লিবসি নখোয়গীনি। নখোয়গীদমক্তা খল্লগা ঐখোয় ময়াম চঙদুনা থবক অসি পাঙথোকহল্লিবনি। নখোয় নচীন-ননাও পূকচেল মান্ননা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নগদবনি।

ইমাবোক্কী ব্রাসিদা ঐ হাযফম ;তৌফম খঙদনা ওমচাক্লবা অমদি মৈরী থোক্লা চাক্লবা, চাক্লিবা মৈদা ঘি হৈজিং্বগুম ঐগী, থম্মোইদা মৈরী থোক্লা চাক্লি। ঐনা হায়,

— ইমাবোক ঙসি কৌবা নুমিৎ অসিদগী ঐহাক মফম অসিদা অমুক হন্না খোঙ্গুল তারক্লরোই।

--- করিনো নহাক্লা হায়রিবদু ঐখোয়না নখোয়গীদমক করিদা শোয়খিগদগে খন্দুনা শীনবনি। নপাবুংদি শুকয়াবু য়াদবনি। ঐখোয় ময়াম্না কন্না হায়দুদা য়াখিবনি।

— অদুবু ইমাবোক, ঐখোয় চাওরে হায়বনি।

— ফরে-ফরে নখোয় চাউরে নঙসু যূমদা লৈতে নচে অনীসু লৈশাবী মপূং ফারে। ননাও নুপা অসিসু যূমদা ঙাইহাক্তা লৈতে। নপাবুংসু যূমদা ঙাইহাক্তা

পোথাদুনা লৈবা ঙমদে। নখোয় ময়ামগী চাকখাও হাংদনবা হোৎনবদা, নোং ঙানবগা থবক শুবা চৎলি। নুমিদাং পূং ৬/৭ তাবা মতমদা হল্লক্কনি। লৈশাবী মপূং মরৈ ফারবা নচে অনীসিনা য়ূম কোয়দুনা লৈবসি ঐখোয় য়েংবা নুংঙাইতে। অদুনা নমাতোনবু হরাও-হরাও তৌগদবনি। ইমাবোক কোললিকশিংদু পুরগা ইমুঙদা চঙখ্রে। অদুদগী ঐ মরুপ কুমারখোয়দা চৎলে। ঐ উবদা মরুপ কুমারগী মমানা নোকমি-নোকমি তৌদুনা হায়রকই,

— নমাতোন লাক্লবনিনা হসিদগীদি য়েঙ্খ্রাং অহাও-অহাওবা চারনিনে য়াইমা।

— হোয় ইন্দোল।

ভাই কুমারনা হায়,

— ইমাসিমা ব্রাথি ব্রারেম তানিংদে।

— ভাই কুমার, মরুপ মংলেম খোয়দা চৎলুসি।

— ভাই মাদি ককচিংদা লৈরমগনি, য়ূমদা লৈ হায়বা তাদে।

— ঙবাং ঐখোয় অনী লাকমিন্নবনি।

— এ অদুদি চৎলুসি ভাই।

ঐখোয় অনী মরুপ মংলেমখোয়দা চৎলে। মহাকসু ঐখোয়দা চৎকনি হায়দুনা থোক্লকপদগী লক্ষ্মীদা থেংনরে। মরুপ মংলেমদি ঐখোয় ইমাতোল অমা লাকপগী পাউ তারমদ্রি। ঐখোয় অহুম কৌনরে। মরুপ মংলেম্না চা-থক্লুসি হায়বদু ঐনা য়াদ্রে মরমদি লৈকায়গী হোটেলদা চঙবদা ইকাযবা অমা ঐঙোন্দা ঙসি অযুক্তগী ঐগী ঈদা য়াওদুনা লৈরি। লক্ষ্মী চৎপা মীনা ঐখোয়দা য়েংলকপদুসু ঐবু য়েংলিবোই খল্লি। ঐখোয় অহুম, মরুপ মংলেমগীদা ব্রারী শারুসি হায়না লাক্লে। মরুপ মংলেমগী রিদিং রুমদা চঙলগা ব্রারী শান্নরি। ইমাতোন লাকপগী ব্রারীসু ঐনা লিরে। ঐগী অবেপ্পা ফিরেপকী মতাংদসু মরুপশিংগী মফমদা হায়দোক্লে। মরুপ অনীনা ঐনা লৌরিবা ফিরেপ্তু অরানবনি মদু তৌবা য়াদে, ইচে খোয়গীসু খরা খনবা ফৈ, ইচল নুপীগীসু খনগদবনি, মরুপ অনীগী ব্রা ঐ তাবদমক তায়,

পাউখুম অমত্তা পীদ্রে। ঐগীদি ঐনা লেপখিবা ফিরেপ অমুক হন্না হোংদোক্লরোই। ঐখোয় অহুম ৱারী ৱাতাই ঙাইহাক তৌরবা মতুংদা অমুক কায়নরে। ঐসু য়ূমদা চঙলে। ঐগী কদা চঙলে।

— ইবুংঙো কুমার-কুমার নঙগী মরুপ্তু নখোয়দকা লৈবরা?

— মাদি ঐখোয়দা লাকখিদবা কুইরে।

— হোয়নে ঙসি ১০-২০ সি মাগী কাদগী মপান থোক্তবনি, ঙরাং অয়ূক মাগী কাদু থোঙ লাওনা হাংদুনা লৈরম্মী, ঐদি নখোয়গা লৈমিন্নরমগনি খনবনি, মানবু নখোয়দা করি করি হায়রম্মী।

— ঐখোয়দদি... থোইদোকপা হায়রমদে।

য়াইমনা থোকখিবা নুমিৎ অদুদগী ঙসি ফাওবা য়াইমগী মৱা মপাউ কনাসু তাখিদ্রে।❐

# ঐ লাক্কনি ঙাইরম্মু

নমিত্তু লমতা থাগী ১০ নি পানবনি; য়াওশঙ য়ৌগদবা নুমিৎ মঙানি ব্রাৎলি। মফম্না ইম্ফালগী তুলিহল এয়ারপোর্টতনি। মহাক্না হেক ঙমজবা মখৈ মকে শেমজরগা ব্রাখল নুংঙাইবনা মায়থোঙ মকা লামলবী, ঙাংলৈনবা সারী শেৎপী কুললৈ কুচু লময়ৌবী নহা ওইবী চহী ৩২/৩৩ গী নুপী অমা কোলকোতাদগী পাইরক্কদবা পেসেঞ্জর এয়ার বস ঙাইরি। পূৎদি মরি তাখ্রে। এরোপ্লেন থুংলবা মতমসু হেনগ্রবনি। হৌজিক ফাওবদা থুংলদ্রি। ঙাইনরিবা মী পুম্নমক এরোপ্লেন লাক্কবগী লাঙতক্লরিঙৈ... এয়ারপোর্টকী লাউদ স্পিকরদা খঙহল্লকখি—"কোলকাতা এয়ার পোর্টতা খঙহৌদনা... খুদোংথীবা অমা থোক্কুনা এয়ার বসতু মতম খরা থেঙখিবনি। অদুবু হৌজিক কোলকাত্তা এয়ারপোর্টতগী ইম্ফাল তুলিহল এয়রপোর্টতা পূংখায় খরা হেল্লকপদা থুংলরগনি। কোলকোতাদা চৎপীগদবা পোসেঞ্জরশিংনা সেক্যুরিটি চেক্কীদমক্তা শেম-শাবীবা য়ারে।"

পাউ খঙদনা লৈরম্বা পুম্নমক, পাউ খঙলবনিনা নে তাবা হায়বদু ওইরে। নহা ওইরিবী ঙাংলৈনবা সারী শেৎপীদু কনা-কনাসু লোয়নরক্তে। ব্রাখলগী লীচিংনা ইচং থৌবা মাল্লি। পূক্লিং ঈংলবনিনা প্লেন ঙাইবা ওইনা চা থক্কে খল্লদুনা

বেটিং সেদ ময়াদা লৈরিবা রেষ্টুরেন্ট অদুদা চঙখি। মহাক্না হেক ফমথরকপগা মঙোন্দগী চহী নৌরিবী অনীখকসু মপাং অনীগা হরাও তয়ান্না নোক খেদুনা মানা ফন্নিবা টেবলগী অকোয়বদা থারিবা ফমফমশিংদুদা ফমথরকখি।

চরাংনবী অনীদুগী মরক্তগী ব্রারৌচাওবীদুনা মী লৈ হায়বা করিমত্তা খন্দবমখৈ হায়রকই ,

— নখোয় অনীদি থুংনরবনিনা হোনী-মুননি হায়না চৎনবা থোক্লক্লে। ঐখোয়গীদি কদায় পল্লুবা য়াদে, ডোক্তোরেট ওইননবা হোৎনরিঙৈদা মপোক থোক ময়া লাংজরক্লগনি।

— হোয়, অদুবু লাইবক্লা তন্নমদ্রবদি ইশানা হোৎনজৈ হায়দুনসু পাক হেক ওইথোকপা য়াব্রদো, করি হায়বগে, সোমি ?

নুপা অনীদুদি খুন্নবু নংজদে; ব্রারৌগনবীদুনা ওক্তুনা খুন্নকখি,

— ঐ লৈরবসু ডোক্তোরেট তৌবা অদুম য়াই। ইবেম্মা, পান্বীদদুনা তৌবা মাল্লি, অদুগা কাইদোং হোংখ্রো হায়বসু ময়াদে।

— তাজনীংদ্রে, তাজনীংদ্রে, হিংচাবী নঙ লৈরবদি ডোক্তোরেট ফংলরনি।

— অদু ওইরবদি হিংচাবী হায়বীনু 'মোষ্ট ডার্লিং হায়বীয়ু।'

মখোয় 'ব্রা' লাউনা নোকখি, ইকায় শঙ্গোই হাংলে, খরা অহল ওইবীদু লৈবা হৈনরক্তে, মপূক্লিংদদি খল্লি, ঐহাকসু থব্রাইগী মবুংঙোদু লাকনি হায়দুনা ঙাইরল্লীবনিনে। অসুম খল্লগা তপ্না লেপখৎলগা হায়রকই,

— ইনাওশা, ঙাইহাক ফম্বীহৌখো।

মহাক মোঙ হাদনা খোয়রুম মোমোন্ননা খোঙ থাংদোক্লকখি। লৈহৌরিবশিংদুনা ব্রাদি ঙাঙদনা মীমাঙ পোমাঙ নাইদবগী জুরা-জুরা মখুত্তা খুজিন্না শীক্লহৌরি।

ইম্ফাল তুলিহল এয়ারপোর্টতা কোলকোতাদগী পেসেঞ্জর পুরক্তুনা এয়ার বস থুংলরে। কুইরবনি, উনদবা থা নিপাল শুরবনি। লুহোংবা মতুং নুমিৎ

তরানিদং লৈরম্লগা ওফিসকী ট্রেনিংনি হায়দুনা চৎখিবনি। অঙাং ওইরিঙৈ পীশক পীক্লিঙৈদগী খঙনরক্কুনা মখোয় অনী য়াখল মান্নবনিনা চৎখিবনি। 'লুহোংবা' হায়বসিদি পূক্সিগী নুংশি খোঙচৎ হৌগদৌরিবনি। পাখঙ লৈশাবী ওইরিঙৈগী পম্বুং লেপত্রিবা নুংশিবগী অদুগুম্বা নত্তে। মশাগী হায়বদু ওইরবনিনা কুইনা উবা ফংদ্রবদুনা উনিংই, অদুনা কনাসু হৌদনা মথন্তা য়েংজরুগে লাকখিবনি।

ঙাইরম্লীবশিং ফম্লম্বদগী থোক্লক্কুনা য়েংনৈ; চৎখিগদবনা চৎনখিবা, থিন্দোকপা লাকপনা লৈনহৌবা, ওকপা লাকপনা তরাম-তরাম, হরাও-হরাও চৎমিন্নখিবা কয়ানি।

এরোপ্লেন্দগী মথং-মথং কুমথনরকই। মা-মাগী মীশিং খুদোনবী থিন-থিন্দুনা তাক্লে— "অসি অসি"। থবাইগী মবুংঙোদু লাক্কনি হায়দুনা ঙাইরম্বনি, পূক্লিং চাওথোকচখিবী মাগীসু নুংশিবা লৈ হায়না পোঙজখিবদুদি মী লোইনরক্কবনা মথন্তা য়েংবদমক য়েংই। য়া লাং ঙাঙদে, মহাক্লা য়েংলিবা... উনিংলিবদুদি উবা ফংদ্রিবগুম তৌই। থম্মোয়দা হেন্না হেন্না লাঙতক্লে, মিৎকী খৌরাংবসু অসুম-অসুম হেনগৎলকই। অহাঙবা থম্মোয়দুদা...। মহাক্লা নতোমতা ঙাইরম্মু হায়রক্লগা...। খোম্থাং য়ৈরকপগী মমি মায়থোঙনা নুংশুক নুংজানৈ। নহা ওইরিবী ওইবদুনরা খঙদে... মী পুমক্লমক্কীসু নুংশিনবা নীংজবা লৈনরিবদবু... মথন্তগী লৈবদৌনা, মহাক্লা মাবুতা নুংশিজরুবা নীংজরুবা অদুদি মহাকখক্তগীনি, মশাগীনি।

ওকপা লাকপা, থিন্দোকপা লাকপা, মখোয় মখোয়গীদি উন্নদুনা চৎনখ্রে। ঙাংলৈনবা সারী শেৎপী নুপী অদুদি অসুম ঙাইদুনা লৈরি। ইম্ফালদগী কোলকোতা চৎখিগদবা পেসেঞ্জর এয়ার বসসু কোলকোতাগীদমক খোঙশানখ্রে, খুৎশেমগী অচৌবা উচেক্তু অহাঙবা মালংদা চাক্তারুনবা পাইখ্রে। হৌজিক্তি মহাক্লা উনিংলিবা থম্মোয়গী মবুংঙো উবা ফংদবদুদা নীংবা কায়বগী নুংশা শ্বর... মহাক্লা লাক্কনি হায়রক্লগা। মী তাহন্দনা শোঞ্জখি, অদুবু মাদি ওইদবদি অমুক্তা ঙাঙদবনি, হায়দোকখ্রবদি শোয়দনা তৌবনিদা। ঐবু লক্লগে হায়না ত্রঙ্কোল তৌরক্লিবা জাৎলা,

ফেব্রুৱারী ১৫ দা টিকেট বুক তৌরে হায়দাইনে, নত্তে, মাগীসিবু থাদোকপা য়াদবা করি অমমুক লৈরবনো ? অদুবু... লাক্লগা ঐবু উহন্দনা ইতৌ য়েংলিবা জাৎলা। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, অরেপ্পা অমদি খঙলগে, লেপ্পমালে খোঙথাঙ থুনা থাংদুনা এয়ারপোর্টকী এনক্বারী কাউন্টরদা চঙখ্রে অদুগা হংলি...

— এক্সক্যুজ মি সার, কোলকোতাদগী থুংলখিবা পেসেঞ্জরশিংগী মরক্তা এস. কে. উমাকান্তা কৌবা নুপা অমা য়াওরকপ্রা ?

— ৱান মিনিট মেডাম, কোলকোতাগী... অমুক্তা কম্পেয়ার তৌজখিগে।

— ফনি ঙাইজগে।

থবক হায়বসি মতম হেক্তা চঙই, ই.সি.এ. (এনক্বারী কাউন্টর এটেন্দেন্ট) নদি ৱান মিনিট হায়জরিবা, খঙহৌদে মতম হৌখিবা, এয়ারপোর্ট মনুংসিদা কনাসু লৈত্রে। ওফিসিয়েল নত্তনা, ই.সি.এ. অদুনা নোল্লুক্না হায়জরকই,

— মেডাম, এস. কে. উমাকান্তা কৌবদি কোলকোতাদগী পাইরকপা এয়ার বসকী পেসেঞ্জরশিংগী মবক্তা য়াওরক্তে। অদুবু মাগী মমিংদা থারকপা পার্সেল বোক্স অমদি য়াওরকই। হৌজিক পুবিখিগে হায়ব্রা, কোন্না অফিসতগী লৌবীগেরা?

— পুথোকহনবীরক্নো, করিবু ওইরিগদবনো য়েংনিংলে।

থম্মোয়না তকশিল্লকপা ঈহৌ অমদগী ৱাহৈশিংসি হায়খ্রিবনি। খোয়শাওনবগা, অঙকপগা লংজিল পূন্সিন্নদুনা মঙ মঙলিবী অদুদি হৈনিংদ্রবসু খঙনিংবনা ৱাখলগী ঈপাক অমদা তাউরি।

মশা লাক্কনি হায়বদু কোক হেক লাক্লগা লোয়রে। করি পোৎনো অমুক, করিগী পোৎনো মশাদি লাক্কনা, পোৎসিনা কৈদৌনদৌরিবনো — লন্নাই ৱানিদা, অদুবু কুইনা উনদ্রবদি মশা-মশা উননিংলমগনি হায়বসিদি তাইবঙপানগী চৎনবীনি। উপুদু নুপা অমনা ত্রোলি অচৌবা অমদা চিংথোরকই।

অসুক চাউবা উপুদু উবদা খোয়শাওনরম্বীদু অহানবা উবদা হায়ফেৎ ঙক্লা,

— অসুক চাউবসিদি করি হাপ্পীবা!

অসি খন্না য়েংলম্বদগী, মথংগী মীকুপতদি... খোয়শাওনবা, অঙকপা, অমসুং হৈনিংদবা, পুম্নমক্কু খঙনিংবদা ওনখ্রে।

— করি য়াওরিবনো অসিবু ! যূমগা য়ৌররোই, সিদা হেক্তা য়েংলনি।

— মেডাম, ফনি।

খঙনিংবনা ব্রামৈ চাক্লিবীদুনা উপুদুগী মওং-মতৌ য়েংলি।

উপুদু য়ামদ্রবদা মিটর অমাগা ইঞ্চি তরা মঙা শাংগনি, অদুগা ইঞ্চি কুন্থরা পাকই। উপু অদুগী মথক্তা ময়েক অচৌবনা চাউরপ থারি— "গ্লাস!"

খঙনিংগনবীদুগী পূক্নিংদু উপুদুগী মওং-মতৌ, থারিবা ব্রাহে অদুদা, হেন্না খঙনিংবগী মায়কৈরোমদা চঙশিনখ্রে।

খল্লিঙৈ তাঞ্জাসিদা উপুগী য়োৎপী শত্তোক্লুনা মমায়গী উপাক্তু লৌথোকখ্রে। খঙনীংবনা ইকায় ইকি খঙদনা প্রপ-প্রপ চঙশিন্দুনা য়েংথরকপদা মখাদা লৈরিবা পোৎশিংবু কুপশিল্লিবা মখুম অমনা মহাক্কী মিৎয়েংবু থৎলে। মহাক্লা মখুমদু লৌথোক্লবা ফমথরকপদা মখুমদুগী মথক্তা উপু মনুংগী কাচিন অরাং থংবদুদা গভর্নমেন্টকী অফিসশিংদা ওফিসিয়েলশিংনা শীজিন্নবা চেক মচুগী চিঠিখাও (এনভেলপ) অমদা চে খরা হাপ্লগা য়াওরি। এনভেলপ্তু মহাক্লা কয়া থৌশারুদে, উপুদা য়াওরিবা পোৎশক অদুগী মমিং মথা মশীংনচিংবা অইবা ব্রারোল ওইরমগনি হায়না খল্লি। মহাক্লা খঙনীংলিবা, য়েংনীংলিবদি মদু নত্তে।

পোৎশক অদুগী মওং মতৌ, মশক অদুনি য়েংনীংলিবা। কনানা খঙগনি, অফবা, ফজবা মীঙোন্দা পীবদা লেমজবা পোৎ য়াওরন্নবদি... মাগীদমক্তা শীনবী লাঙবীরিবা, থবক তৌবিরীবা, ব্রাবীরিবশিং অদুদা ইপুরোইবনা ঐগীদমক্তা থাবীরকপনি হায়না লেন্নদুনা অমত্তা ওইরবসু পীরমগনিদনা। ব্রাখল অসিগা লোয়নদুনা মহাক্কী ব্রাখল থৌগত্তুনা, মখূৎ অনীদুনা মথক্তা কুপ্লীবা চে অদু চিংথোক্লুনা লৌথোক্লুরগা মনুংদা য়াওরিবা পোৎশক অদুদা মিৎয়েং থন্নকপা মতমদদি... নোংথাঙ কুপ্পদগী হেন্না লঙলবা মঙাল অমনা মহাক্কী মমিত্তা য়ৈররে, অতিয়া নীঙ্খায়রকপদগী হেন্না হৌরবা মখোল অমনা মহাক্কী নাকোং

শেগায়মখৈ... মহাক্কী পূন্সিগী ৱাখল, থম্মোয়, পূম্নমক্কী তূংনফম ওইরিবা... "ঐ লাক্কনি ঙাইরম্মু" হায়রকপদুনা অশিবা মশা ওইনা লাক্কুনা উপু মনুংদা তাদুনা লৈরম্লে।

মহাক্কী লাইনীং চেৎলবা থম্মোয়দুনা কপনিংবগী ইপোম হৌখিদে; মিৎলুদসু পিরাং ঈহৌখিদে, মিৎকী পি মরিক অমত্তা শীন্থরকখিদে।❒

# মহাও

ঙুসি ডিসেম্বর ১,২০০৭ হিয়াঙ্গৈগী ২২ নি পানবা থাংজ নুমিৎনি। ঐহাক অমদি ঐগী ইচানুপী, মমাগা লোয়নদুনা ইম্ফালগী এরিয়ান থিয়েটরগী মমাঙদা লৈরিবা ইম্ফাল টু সিলচর চেনবা টাটা সুমোগী পার্কিং তম্না খোঙশাল্লে। ইম্ফাল টু সিলচরগীদমক্তা টিকেৎ অহুম লৌরে। টিকেৎতা ইরিবা গাড়ী নম্বরদু য়েংলগা গাড়ী মনুংদা চঙলে। ইকুই কুইদনা মিনিট ৫ গী মতুংদা সিলচরগীদমক্তা টাটা সুমোদু নোম-নোম চৎপা হৌরক্লে। কৈথেলমানবী, তুপুল, নোনে য়ৌরে; মথংদা নুংবা, ইবং, বরাক খোং তুংওইনরম্লে; কইমাই য়ৌরে। অসুম্না মথং-মথং লাক্লুনা জিরিবাম য়ৌরে।

ঐখোয়না তোংলকপা টাটা সুমোগী ড্রাইভর অদুনা ঐঙোন্দা হায়রকই,

— ঐগী টাটা সুমো অসি সিলচর য়ৌররোই। তামোখোইগীসু য়াওনা পেসেঞ্জর তরুক্কী সিলচর য়ৌগদবা অতোপ্পা টাটা সুমো অমা রিজার্ভ তৌজরে, ভারাসু পীজরবনি।

ঐখোয় জিরিবাম য়ৌবদা নুমিদাংৱাইরমগী পূং ৬.০০ তারে।

ঐহাক করিসু হায়রুদ্রে। য়ৌবু য়ৌরবদি ফরে খন্দুনা চীন্দদি হায়দোকখি।

"য়াম্না নুংঙাইজরে।" সিলচর চৎপদি পুলিসনা ইস্কোর্ট তৌরগা চৎকদবনি গাড়ী ময়াম পূন্না চৎমিন্নগদবনি। ঐনা হংলুই,

— ইবুংঙো, পূং কয়াদা চৎকদবনো ?

টাটাসুমো ড্রাইভর অমনা পাউখুম পীরকই,

— তামো পূং ৬.৩০ দা চৎকদবনি।

ঐখোয় টাটাসুমো মনুংদা ফমদুনা পূংফমদু ঙাইদুনা লৈরে। পূংফমদু য়ৌরক্তুনা গাড়ী মথং-মথং থৌবা হৌনরক্লে। ঐখোয়না তোংলিবা সুমো ড্রাইভরদু খরা ফিংবা মাল্লি গাড়ীশিংদু য়াম্না-কন্না-কন্না, থৌনৈ। য়াম্না থেকপা গোলাই অমদা ষণ ৭-৮ লোম গোলাই অদুদা শুরুং চেলশিল্লকই। সুমো ড্রাইভরদু গাড়ী ব্রেক খংফা ফাই, লাইবক ফবদগী হায়গদ্রা ষণশিংদু অমত্তা থেংদ্রে। ঐখোয়না ষণদু শোকপরা শোক্তব্রা খল্লিঙৈ, ঐখোয়না তোংলিবা সুমো অদুদা মনীংদা থৌরকপা সুমো অমনা শাফু কন্না দং লাউনা য়ৈশিল্লকই। ঐখোয়না তোংলিবা সুমো ড্রাইভরদু শৎ কূমথখি, মহাক্কী গাড়ীদু থোইনা শোক্তবা মাল্লে। গাড়ী থৌবা হৌরকই। অসুম্না লাকপনা সিলচর য়ৌখিবা খঙহৌদে।

বাঙ্গালী নুপা অমনা চলাইবা হোটেল অমদা ঐখোয় অহুম লৈরে। নুমিদাংগী চাকসু হোটেলদূদা চারে। মথেলদি ঙা-অতাওবা থোংবা, মঙ্গল মপূম থোংবা, হৱাই মুগ থোংবা, অমেৎপা অমসু য়াওই। চাক চারগা ঐখোয় রুম নম্বর ১০২ দা চঙলে। ফমুং মরি থাই, ফমুং মরিমক ঐখোয়না লৌরে। মরমদি ফমুং অনীগী কা অহাঙবা লৈরমদে।

নোং ঙাল্লগা ঐখোয় অয়ূক্কী তৌগদবা থবক লোইশিল্লে, ঐদি ইরু লুজদরে কোক্তুং তুল্লগা ফিরোল শেৎচিল্লে। ওতোরিক্সো অমদা রিজার্ভ তৌরগা দুলু তম্না লাক্লে। ওতোদু ভারা লুপা ২৫০ দা য়ানদুনা লাকখিবনি। সিলচরদগী দোলু য়ৌবদা পূং ১ রোমদমক চঙই। অয়ূক পূং ৫ দগী চৎপদুনা পূং ৬ খরা হেনবদা য়ৌরে। ওক্তো ভারা পীরে, ঐখোয় লৈহৌরে অনাবা লায়েংফমদা চঙলে। মিং চল্লে। ঙাইহাক পোথারে। পূং অমা মখায়মুক্কী মতুংদা ঐখোয়গী সেরিয়েল নম্বর

য়ৌরক্লুনা চঙলে। মাইবদু য়াম্না ঈং তপ্পী অনাবা ফমুংদা হীপথহন্দুনা মাইবনা কূপ্না য়েংলবা মতুংদা মহাক্কী ওইবা ৱারোল হায়রকই,

— অনাবসি হয়েং য়েংগদবনি।

অনাবগী নারিবা মওং মতৌ, মাইবগী ৱাফমদু তাবদা ঐখোয় ইঙক-ঙকই। মাইবনা ঐখোয়বু মপাল থোকখিনবসু হায়রকই।

ঐখোয়না থোকখিবগা মাইবগী তেংবাংবা অমনা ঐখোয়বু অতোপ্পা কা অমদা অমুক পুরগা নারিবা মফম-মফম অদু বেন্দজ পুল্লি হীদাক অদুগী মমিংদি ঐহাক খঙদে। হীদাক অদু মাইবনা শেমজবা হীদাক্লি হায়বদি খঙই। মরমদি হীদাক অদু কেটলি অমদা ঙাইহাক লুম্নু-লুম্নু থোংদুনা শাহল্লগা বেন্দেজ পুন্দুনা ফমুং অমদা লৈহল্লি। ফমুং থারিবা মওংসি পরেং পরেং নাইনা থাবনি। কা অসিদা ফমুং ২৭ মুক থাই। অতোপ্পা কা খরসু লৈরি। থারিবা ফমুংগী মওংদি চপ মন্নে। ঐখোয়সু ফমুংগী রিসিপ্ত অমা কক্লে। ফমুংদুদা ঙাইহাক পোত্থারম্মী। মরক অসিদা নুপা অমনা ঐবু কৌবা লাকই। ঐনা চত্তুনা হংলুই,

— করি ওইবিরবনো?

— রেজিষ্টার অসিদা সহি তৌবীয়ু, অদুনা ডিপোজিৎ ওইনা লুপা ৫০০ থম্বীরম্মু।

রেজিস্টার অদু লৌদুনা য়েংলুই, ইরিবা অদুদি অনাবগী মিং কদায়দগী লাকপা মপাগী মমিং চহীনচিংবা ইরম্মী। তুংদা ঐগী মনিবেক্তগী লুপা ৫০০ লৌথোক্লুনা পীরে। অদুগা নুপা অদুনা এদভান্স হায়না ইসিল্লি ঐসু সহি তৌসিল্লে। অদুগা অমুক ঐখোয়গী লৈফম কা অদুদা লাক্লে।

মমানা হংলকই,

— মোইবাবা করি হায়রিবনো, হৌজিক কৌখিবদু?

ঐনা পাউখুম ওইনা,

— করিসু নত্তে ঙসিদগী ঐখোয় মফম অসিদা লায়েংবা হৌরবনিনা মতম খরসু মফম অসিদা লৈবা তাবনিনা পৈশা ডিপোজিৎ খর তৌ হায়বনিদা।

মমানা অমুক হায়রকই,

— য়াম্বা পৈশাদি নত্তেদনা, পীরম্লবরা ?

ঐনা পীরম্লে খুম্মী। ঙাইহাক পোখারবগী তুংদা গেৎ ময়াদুগী হোটেলদা চাক ঈশিং চা থক্লে। থোংলিবা খুথোং মওং অদুদি মৈতৈগা চপ-মান্নে। মহাওসু লৈ। ঙা থোংবা অমসু য়াওই। চাবা লোইরবা মতুংদা লৈফমদা অমুক লাক্লুনা পোখারে। ঐখোয়গী ফমুং অদুগা থংনবা অদু মৈতৈ বামোন মতৈ-মনাও অমসু লৈরম্মী। থৌরানিদু নহানি; ঙাঙ-শকপা, মী খোনবা, য়াম্না তোরোৎ খোনদানৈ। মবুকচেল শেংবা মাল্লি। লৈরম্লীবা মী খুদিংমক্লা মখোয়বু ব্যবহার তৌই। ঙাইহাক্কী মতুংদা ঐখোয় নুপীসু থৌরানিগা অমত্তা ওইখি। থৌরানিগী করম্বা মগুন্নো খঙদে। ঐদি ব্রা কয়া ঙাঙদবনা তৃমিন্না অদুম লৈ।

কা অদুদা লৈরম্বা সেবারী খুদিংমক মশানা থোংলগা চানৈ।

— ঐখোয়সু অদুম থোংলগা চাসি। ইচানুপীনা হায়রকই।

মমাসু মতেং পাংলকই,

— মোইবাবা, ইশানা থোংলগা চাবনা ফৈ, হোটেলগীসি ঙানম থুমনমদে। থাউগী থাউ ঙাক্তা।

ইচানুপী অমদি মমাগী ব্রাদু ঐসু য়ানীংই, মরমদি হোটেলদা চাবসি কয়া পামদে, তঙাই ফদবা মতমদা চাবদি চাবনি। হৌজিক হৌজিক লৈরিবা খৃদোংচাবা অসিদি লেমনা মাংহন্নিংদে। ঐহাক্লা হায়,

— ফরে ঐখোয়সু থোংলগা চারসি।

হৌজিক দরকার ওইরিবা পোৎচৈদি ঐখোয়গীদি করিসু লৈতে। বাজার চৎলগা চঙগদবা পোৎ-চৈশিংদু ঐ লৈরুরগে হায়রম্লগা ঐ বাজারগীদমক থোক্লে। ইনক-ইক্লা লৈরম্মী। ঐখোয়গী দরকার ওইরিবসিংদু কেরোসিন ষ্টোব অমা, চেঙ-হব্রাই, কেরোসিন অমদি অতৈ পোৎলম কয়া, থোং থাকপদা চঙগদবশিং লোয়ননা কোললিক অসিনচিংবা য়ুম অমা পানবদা চঙগদবা অদুগা চপ-মান্নে। নুমিদাংগী চাক্তু ঐনা থোংই। মমাদু থৌরানিগা বাজার চৎলুই হায়দুনা ঙা অতেকপা

ফাবৌঙা খরা লৈরকই। ঙারিসু ফংই হায়দুনা লৈরকই। ঙারি পান্বা ঐখোয়দদি ওস্পোক্লা নুংঙাইখ্রে। ঙারি য়াওরবনিনা অমেৎপা অমসু য়াওরে। চাক থোংবা লোয়রদুনা ঐখোয় অহুম চাক চামিন্নরে। ঐখোয়দি ফিরোলসু কয়া য়াওরক্তে। শেৎলি চারিবা ফিরোল অসিদগী থোইনা করিসু য়াওদে। পাংনা শানবা তূমলে। অদুবু অহীং পূং ২ মুক তাবদদি ফনা ফজনা ঈংলে। ঐহাক ঈংমন্দুনা খোঙগ্রাও, অমদি খোং মোজানচিংবা উপ্তুনা তূমলে, জেকেৎসু লীৎশল্লে, ঐগীদি খরা ফরে। মখোয় মমা-মচাদি ঈংবনা অহিংদু তূমদ্রে। কাওনা চীক্লিবা হায়ফম তমফম খওদে, কনাদবু করি হায়রুনি। অসুম তৌনা অহীংদু নোং ঙানবা ঙাইখি।

মমানা হায়,

— মোই বাবা হযেংদি কাঙখল অমা, ফৈজুপ ওইনবা শামতুগী কম্বল অমগা খরা লৈবিরু। অসুম্না লৈরবদি, ইচানুপী লায়েংবা লাকপরা হায়ববু ঐখোয় লোইনা নাদুনা তোক্লরনি।

মমাগী ব্রাদু ঐসু য়ারে। ঐ অমদি মমা ব্রারী ঙাইহাক শান্নরিঙৈ ঐখোয়গীসু তাইবং পানবা জীব খুদিংমক নিদ্রাদেবী ইমাগী মথানুংদা কোনশিনবিরি। ঐখোয়বুদি ইমা নিদ্রাদেবীনা মথানুংদা কেনশিনবিবা কাউখিমাল্লে।

অদুবু, ইখঙ-খঙহৌদনা ইমাগী মথানুংদা কোনশিনবিখি। কোনশিনবীখি। মিকপ থোক্লকপা মতমদা অয়ূক্কী পূং ৬ তারমলে। ঐখোয় হৌগৎলে, অয়ূক্কী তৌগদবা থবক খুদিংমক হোবে-হোবে লোইসিল্লি। মরমদি অয়ূক্তা অনাবা য়েংবা টিকেৎ অমগা অমুক ককখিবা তারি। টিকেৎ অসি সেরিয়েলগী মতুংইন্না য়েংই। লাইবক ফবদগী ঐসু চঙলুবা মতমদা ঐখোয় সেবিয়েল অহানবদা তারে। মিং চক্সিল্লন্নগা ঐখোয়গী কাদা লাক্লে। ঐনা মমাদা হায়,

— নখোয় লোইসিল্লম্মু ঐখোয়গীনা অহানবদা তারবনি।

হায়নরিঙৈদা মাইবগী এটেন্দেট অমনা কৌরকই,

— সেরিয়েল নম্বর ৱান, এম রোমিলা দেবী, ফ্রোম মণিপুর।

— য়েস-য়েস।

ঐখোয় অদুম মাইবগী মনাক্তা চঙলে। ঙরাং য়েৎখিবা বেন্দেজশিংদু লোইনা লৌথোক্লগা শেম শাগদবদু শেন্নগা অনৌবা বেন্দেজ অমামুক য়েৎলি। অদুগা মাইবনা হায়রকই,

— য়ারে নখোয়গী কাদা চৎলো, অনাবা য়েংবা লোইরে। চয়োল অমদি মফমসিদা লৈবা তারে। নুমিৎ তরেৎনি শুবদা বেন্দেজ লৌথোক্কনি। অদুগা মখা তানা লৈবা দরকার ওইরগনা লৈখিগনি, দরকার ওইদ্রবা, ফরবদি য়ূমদা চৎপা য়াগনি।

ঐখোয় মাইবগী ব্রাদু তাবদমক তায় মরমদি ঐখোয়না হংগদবা য়েৎলুগদবা ব্রাফম পূম্নমক মহাক্না শুগাইনা হায়রবিখ্রে। ঐখোয়সু হোয় হায়বদগী মখা তাদরে। মাইবনা মথংগী অমুক কৌশিল্লকপদা ঐখোয়গী কা তম্না লাক্লে। মমাগা ঐগা তুরেলদা কূমদুনা ঈরু মাইথজরুর। অয়ূক্কী চান-থক্লবা শেম শাদুনা চাবা লোইশিল্লে। নুংথিল তৃম্বসি ঐদি কয়া হৈনদবনা ডাইরি ইদুনা লৈরি। মখোয় মমা-মচাদি নুমিদাং মনীংতম্না তূমখিদবনা ফমুং চঙখিবগা তূমথখ্রে। মতমসিদা অনাবগী সেবারী লাকপা নুপা খরনা ইনক্তা লাকলগা হায়রকই,

— তামো, রন্মী হৈবরা, হৈরবদি মতম লেন্নবা ঐখোয় রন্মী শান্নসি।

ঐহাক রন্মী শান্নবসি পাল্লকই তশেংনা পৈশা চাউনা থানদুনা শান্নবদুদি পামদে মতম লেনবা ওইনা শান্নবদি শান্ননীংই। মখোয়না হায়রকপগা ঐ চঙশিন্দুনা য়াওরে। ঐখোয় অসুম রন্মী শান্নদুনা লৈরে। জব্বার শান্নবদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে, নুমিদাংব্রাইরম পূং ৫.৩০ তারে। ঐখোয়সু শান্নবা তোক্লে। ঐ কম্বল অমত্তং লৈরুগে খন্না বাজারদা চৎলি। দুলুগী বাজারগসি য়াম্না চাউবদি নত্তে, মনা-মশিং , ঙা-অতেকপা মচা অচৌবা অতৈ পোৎচৈদি নুমিৎ খুদিংগী ফংই। অদুবু ঐনা য়াম্না দরকার লৈরিবা ঈংবদগী খজিক্তং ওইরবসু ঙাকথোক্লবা কম্বল মচা অমা, অনী দরকার লৈ। ঙরাং অহীংসু ঈংবনা ঐখোয় অহুম য়াম্না ব্রানা নোংঙানবা ঙাইখিবনি। দুকান খুদিং চঙলগা ঐনা হংই,

— ভায়া কপরাকা দুকান কহাহে ?

দুকান্দর অদুনা পাউখুম পীরকই,

— ভায়া, কপরাকা দুকান বহুৎহে।

— লেকিন বুধবারকো খোলেগা, আজ নহি খোলেগা, এক হপ্তাকা বিতর এক দিন খোলেগা।

ঐ হরাউ-হরাউ কম্বল লৈবা তোক্লকখিবনি হপ্তা অমগী মনুংদা নোংমা খক্তং য়োনবা থোং হাংবা ঐ ইঙক-ঙকই। লোয়রেদনা ঙরাং অহীংসু ঈংবনা তুমদ্রে। ঙসিসু তুমদনা লেনবা তারবা, ব্রাখল ঈরাং লাঙই। তৌফম খঙদনা লৈরি। মৈতৈ হোটেল অমদা চঙদুনা চা গ্লাস অমা থক্কে খন্দুনা ফল্লে। ঐ চাদি থক্কন্দবনি। তৌফম খঙলক্তবদুদা চঙলুবনি। চা অমা শেল্লগা পীরকই। চা থক্লিঙৈ মতমদা অসামী নুপা অমগা মৈতৈ মচা পাখঙ অমগসু চা থকপা চঙলকই। মখোয় অনীদু ফমথবতা মঙায়রি। ঐ চা গ্লাসতু তেবলদা থল্লগা পাখঙ মচাদুগী নাক্তা চঙলগা, হায়রুই,

— ইবুংঙো, ঐহাক ব্রা অমত্তা হংগে মপান্দা অমুক্তা থোকপিবকউ, মনুংসি মী য়ায়া লৈবনিনা খজিক্তং হঙ্গোইবা অমা...।

পাখঙ মচা অদুসু ইকোয়-কোয়দনা হায়রকই,

— তামো, থোকচরক্কে।

হায়না হাযনা মহাক হৌগৎলক্লে। ঐখোয অনী হোটেল অদুগী মপান্দা লেপর্মিন্নরে। কদোমদগী লাকখিবা ঐগী থম্মোয়গী ঈথিলনো খঙহৌদে, য়াম্না য়াঙনা পাখঙ মচা অদুদা হংলুই,

— ইবুংঙো, নহাক ব্রাবৌবীবা য়াদে, ঐ ব্রা অমত্তা হংজগে?

পাখঙ মচা অদুসু করি অমত্তা হঙ্গোইবা তৌদনা হায়বকই,

— তামো হংবীনিংবদু হেক্তা হংবীয়ু।

ঐনা হায়রুই,

— মফমসিদা 'য়ু' কদায়দা ফংবগে ? ঐদি মফমসি অমুক্তা লাক্লি, ঙসিনা অহানবনি। নহালসু, ঙবাংসু অহীং তুম্বা শুকয়া য়াদ্রে। মদু ফংলগদি খরা তুম্বা

য়াগদরা খন্দুনা হংজবনি।

পাখণ্ড মচা অদুনা মখুৎ থিন্দুনা হায়রকই,

— তামো, দুকানসিদা ফংবনি, লোকেলগী ওইরবসু, অঙাঙবসু ফংবনি। তামোনা অপাম্বা লৌবীরো। অসামদসু য়ু য়োনবা য়াদে, অথীংবা লৈ, লোৎনা য়োনবনি।

পাখণ্ড মচাদুনা মফমদু হায়রম্লগা হোটেল মনুং চঙখ্রে।

ঐ হোটেল চঙদনা য়ু য়োনফমদু য়ৌনবা চৎলে, মনুংদা চঙলগা হংলুই,

— সুনিয়েজি, ডারু মিলেগা?

অসামী নুপা অদুনা ঐবু য়াম্না মুন্না য়েংলগা মঙক্কু হাইর-হাইরগা হায়রকই, “না... না।”

নুপা অদুগী পাউখুদুদা ঐ পাখণ্ড মচাদু শাউনীংলকই। ঐগী থম্মোয়দা খল্লি। মাসু মৈতৈ মচানি, পোকফম লৈফম খেন্নরবসু মহাক মফম অসিগী মৈতৈ মচানি। ঐ দুকান্দারগী পাউখুম ফংলবসু খোঙদি থাংদোক্লি।

আসামী দুকান্দার অদুনা ঐবু মুন্না য়েংলগা অমুক হংলকই,

— অপ কহাসে অয়া?

— মৈ মণিপুরসে অয়া হে। ঐনা খুম্মী

— ইধর কিয়া কামহে?

— মেরা বিমার বেতি দেখনেকেলিয়ে ডাক্তরকী পাস অয়া হুঁ।

— কপ অয়া?

— হমলোক কল অয়া হৈ।

— খালি দোনোং অয়া?

— নহি মেরা বিবিকা সাত অয়া হুঁ।

— অচছা এক ক্বার্টর?

— নহি দো ক্বার্টর চাহিয়ে।

— থিক হে।

মহাক্না অসি হায়রল্লগা মনুং চঙখি। ঙাইহাক, লৈরগা ওফিসার চোইস কার্টর পুরক্লগা ঐঙোন্দা পীরে। ঐনা হংলুই,

— কিতনা হুব্রা।

অসামী দুকান্দার অদুনা হায়রকই,

— এক কার্টরসে চালিস রুপয়া, দো কার্টরমে আতসি রুপয়া।

ঐনা মনিবেক্তগী লুপা ১০০ চৎপী নোট অমা লৌথোক্লগা পীরে। দুকান্দারদুনা লুপা ২০ ঐঙোন্দা হন্দোক্লকই, ঐনা হল্লকপা পৈশাদু বেক্তা হাপচিল্লে। কার্টর অনীদু ঐগী ফুরিৎ জেকেৎকী ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লে অদুগা হোটেলদা অমুক লাক্লে। ঐনা থকপা হৌরম্বা চা গ্লাসতু লৈরমদ্রে, মৈতৈ পাখঙ মচাদুসু চা থক্লম্মী। ঐ মহাক্কী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফল্লে। ঐনা হেক ফমথবগা চা গ্লাস অমা পীরকই। চাদু থক্লা-থক্লা অহীংগী অঙ্গৈংবদু খঙনীং নীংশিংলকই। ঐনা পাখঙ মচা অদুদা অমুক হংলুই,

— ইবুংঙো, ঐহাক ব্রাফম অমত্তগা হংগে।

পাখঙ মচা অদুনা খুম্মী,

— তামো হাইবীয়ু।

ঐনা হংলুই,

— ফিরোল য়োনবা দুকানসিবু চয়োল অমগী মনুংদা নোংমকখক থোঙ হাংই হায়, ঐদি কম্বল ১/২ পাম্বনি, ঙসিদি নিংথৌকাবনি, থোঙ হাংগদবা নুমিৎতি য়ুমশাকৈশা নুমিৎনি, অহীং অনীসি য়াম্না ৱানা খাঙবা তারি।

ঐগী ব্রাফমদু তারগা মৈতৈ পাখঙ মচা অদুনা হায়রকই,

— তামো ঐখোয় অনী দুকান্দার অদুগী ময়ুমদা চঙলুসি।

ঐনা হায়রুই,

— ইবুংঙো য়াগদ্রনে ?

— তামো য়ানি।

— ফরে অদুদি ঙাইহাক চঙলুসি নহাক্না মতেং পাংবিবগী পাংবীবা।

ঐখোয় চা থকপা লোইরে। পাখঙ মচাদুনা হায়রকই,

— তামো থেঙখিনি চৎলুরসি।

ঐখোয় হৌগৎলে, হোটেল বিলগী মতাংদা ঐনা হায়,

— ঐ পীজগে।

— তামো ঐ পীজগে, ঐখোয়গী লমদা তামোনা লাকপিরগা তামোদগী চাসু থকপদি নুংঙাইতে, ননাউ পীজরগে।

মহাক্কী ফজরবা ৱাহৈ অদুদা ঐ মখা তানা হায়বা হঙ্গোইরে। চাগী অমদি চানবগী পৈশাদু পাখঙ মচা অদুনা হোটেল মেনেজর অদুদা হংনরগা পীখি। কয়া পীখিবনো ঐহাক খঙহৌদ্রে।

ঐখোয় অনী মহাক্না লমজিংলদুনা চঙলে। লম্বীদু খরা শাংই। নুমিদাংগী মতম ওইবনা পূম্মম মম্মী, ইলেক্ট্রিকসু লাক্তে। ফনা শাংনা চঙলবা মতুংদা য়ূম অমদা চঙলে। বাংলালোন্দা ঙাঙনৈ, বাংলালোন্দি ঐসু খরা-খরা খঙবনি। মখোয়না ঙাঙনরিবদু বাংলা হায়গদ্রা কচ্চা বাংলা হায়গদ্রা ঐহাক তূমিন্না লৈ। পাখং মচা অদুদা ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই।

— তামো কম্বলদি লৈত্রে, শামতুনা শাবা ফি খরদি লৈ মদু য়েংসিরা ?

— য়াইনে য়েংসি।

ঐখোয় অনী ইমুঙদা চঙলে। ফিদু য়েংলে অদুগা শামতুগী ফি অনী লৈরে। মমল হংলগা পীরম্লে। ঐখোয় অনী থোকমিন্নরক্লে। হোটেল মপা য়ৌরকপদা পাখঙ অদুনা হায়রকই,

— তামো ঐহাক থবক অমা চৎকদবা লৈরি। তামোগী অৱাংপা লৈরিবরা?

— ইবুংঙো, য়াম্না নুংঙাইরে, নহাক্কী লমন ইয়াম্বদা তোল্লে। মফম মতম চাবা অমদা নয়াম্বনা ইনাউগী লমল অমুক শীংজবা ঙম্বা ওইজগে।

— তামো, অঙম্বা মতেং খরদং পাংবা ঙমজবসি ঐগী লাইবক ফবনি। পাখঙ মচাদু চৎশ্রে। ঐসু হল্লক্লে। ঐনা শামতুগী ফি অনী পুরকপদু উবদা

মখোয় মমা-মচা অনী হরাউবদু উবদা ঐসু নুংঙাইরে। অমরোমদা য়ুদি পুরক্লে কদায়দা থক্কনি থকফমগী খনবদা অব্বাবা অমা অমুক ওইরে। কাসিদা থারিবা ফমুংসি য়াম্না নক্না-নক্না পরেং থাবনি। মখোয় মমানা চাক থোংলিবদুগী মনাক্তা তূমিন্না ফমথরে; পোকেত্তগী কার্টর অমা লৌথোক্লগা গ্লাস অমদা পীক থন্না হৈজিনদুনা ঈশিং খরা য়ানশিল্লগা অমুক্তদা পূল্লপ থকচিল্লে। গ্লাসতু থকপা লোয়রগা ফমুংদা তপ্পা ফমথৈ। চানবগা য়াওবা নত্তে। শ্বর ফুনবা জাৎনি, মিত্তগী পিবু তাই।

নুমিৎ খুদিংগী দোলু তুরেল তোর্ব্বানসি ঐগী ঈরুজফমনি। ফিরোল শু-চাম্বসু তোর্ব্বানসিদনি। দোলু তুরেলগী ঈশিং য়াম্না তরু-তরুই। তুরেল মনুংদা লৈবা পোৎ-মশক-মশা উই। য়াম্না লুবা তুরেল নত্তে, ফুট মরী মখাইরোমদম লুই। দোলু তুরেল অসি আসামগী কাচগর ডিষ্ট্রিক্টকী মনুং চনবা বারা-রামপুর খুঙ্গংবু কোল্লিবা, তুরেল অমনি। তুরেল মনুংদা অমদি তোর্ব্বানদা নুঙ মচা-মচা পাক্তক্লনা লৈ। তোর্ব্বানসিদা লৈরীবা মী খুদিংমকপু তুরেল অসিনা মতেং চাউনা পাংলি। তোটিগী ঈশিং চাং নাইনা লাক্তে। লাকনীংবা নুমিৎত্তা লাকই। অকোয়বদা লৈরম্বা মীওই খুদিংমক তোটিগী ঈশিংবু লুনা খনদে। দোলু তুরেলগী ঈশিংবু হেন্না লুনা খল্লি। মী খুদিংমক ভাব তানৈ। তুরেলবু লুনা-নান্না থম্লনবা অমদি মোৎশিন্দনাবা খুদিংমক্না হোৎনৈ।

তুরেল ঈচেলদি নোংজু পখাদদি ঈচেল কন্না চেল্লি। নোংজু পখা নত্রবদি ঈচেল কনদে। মবুকচেল তপ্পী মমা ওইবীগী পূকচেলগুম তপ্লি-তপ্লি চেল্লি। ঙসিসু ঐ দোলু তুরেল তোর্ব্বানসিদা ফিরোল খরা শু-চামলি। মতমসিদা মৈতৈ লৈশাবী মরি-মণ্ডা মখুৎত্তা সনাবুল অমমম পায়রগা ঈশিং শোকপা লাক্লি। মখোয় মরি-মণ্ডাদু নোক-খেনা ঙমলপ তৌবা তোর্ব্বান্দু কূমথরক্লি। ঐগী ইনাক য়ৌরকপা মতমদদি, ব্রা অমত্তা ঙাঙনদনা মাগী-মাগী পুরক্লিবা সনবুলশিংদু ঈশিং শোক্লরি। শম্বুলদগী নানথরকপা শন্নাংনা নীংজোল য়ৌবী, মরেপ ব্রাংলপ তৌবী, পুল্লে কুচুলম য়ৌবী, লৈশাবী অমনদি লোৎনা-লোৎনা ঐবু য়েংদুনা লৈরম্মী।

শজি মিৎতাবু ঙমজবী চুং-ফীরাল চাবী, মমিং লৈরবা চিত্রকার অমনা চহী কয়া চঙনা য়েক্লগা চাংদম্নবদা মায়থিবা পীরগদবা নুজা অদু, ঐনা য়েংথোক্লুবা খুদিং মহাকসু ঐবু য়েংদুনা হেক্তা লৈরম্মী।

লোৎনা-লোৎনা ঐখোয় অনী মিৎচি পাঙখোং চন্নরীঙৈ, মমান্নবীশিংদি ঈশিং শোকপা লোইনখ্রে। মহাকসু ঈশিং শোক্লবা থৌরাং তৌরকপদা, সনাবুলদি ঈচেলনা ফনা শাংনা তপ্লি-তপ্লি পুথোকখিদুনা ঈয়াই য়ৌরম্লে। লৈশাবী মরিদু লাঙনরকই, ঐহাক য়েংলুদে। ঐনা শুরীবা ফিরোলশিং অদুদা সাবোন পংনোইদা নোইদুনা লৈরী। মখোয়গী মরক্তগী লৈশাবী অমনা হায়রকখি,

— হো! ইবেম্মা করি খল্লিনো? নখূত্তা পায়রম্বা সনাবুলদি ইয়াই য়ৌখ্রে। মায়থোঙ লুরুক্লনা লৈববু, নুঙলক্তা করি তাখ্রবগে ?

"নখূত্তা পায়রম্বা সনাবুলদি ঈয়াই য়ৌখ্রে।" ৱাহৈ অসিনা হঞ্জিল-হঞ্জিল ঐগী নাকোংসিদা মশীং নাইদা য়ৈরবা। ঐনা য়েংথোকলুবা মতমদা সনাবুল অদু ঈয়াই য়ৌখিরম্লে। ঐ ফন চোংথদুনা ঈয়াইদগী সনাবুলদু লৌরুরগা শম্লাংনা নীংজোল য়ৌবী মরেপ ৱাংলপ তৌবী, য়েংলুবদা মিৎফম হোংবা ঙমদবী শকহেনবী লৈশাবী অদুদা সনাবুল অদু পীরুরে। শকহেনবী লৈশাবী অদুগী মখূৎনা সনাবুলদু শৎ-হেক্তা লৌশিনবা ঙমদনা, ঐবু অমুক য়েং, লৈমায়দা খোঙবীনা তক্লুনা লৈরি। ঐনা হায়রুই,

— ইবেম্মা, নমান্নবীশিংনা নঙবু ঙাইদুনা লৈরে। সে-সনাবুলসি লৌশিল্লু।

লৈশাবীদু করিমত্তা হায়রমদনা সনাবুলদু লৌরগা ঈশিং খরা শোক্লগা মমান্নবীশিংগা লোয়ননা চৎমিন্নখি। তোর্বানগী অঙম্বা কাখৎপা লোইরগা ঐবু অমুক্তং হন্না য়েংলম্লগা মায়থোঙ লূরুক্লা অসুম চৎখ্রে।

ঐহাক ফি শুনি হায়বা কাউখ্রে। ঐগী ৱাখল, ঐগী থম্মোয়দি, শকহেনবী মৈতৈ লৈশাবী অদুগী মতুং ইন্নখ্রে। ঐগী ৱাখল, ঐগী থম্মোয়না ঐগী ইনাক্তা অমুক হল্লকপা মতমদদি..., খূৎত্তা পায়রম্বা ফিশু সাবোন্দু ফনা য়াম্না ঐনা

চাশিনগ্রবা জাৎনি। ঙাইহাক্কী মতুং ঐহাক ওনিং-ওনিং তৌবা হৌরক্লে। খোঙসু হামনিংবনা লোইরে (মনুং অচৌবসু চঙনীংবনা লোইরে) ঐ শুখ্রবা ফিরোলশিং অমত্তা পুদনা, তুরেলদগী ঐগী কা য়ৌনবা ঙমজবী থাক্তা হোৎনদুনা চেল্লকলে। তোইলেটকী থোঙ হেক হাংবগা, খ্রোক-খ্রোক ওথোক্লে। অমাংবসু য়াম্না তোইনা মাংলবা জাৎনি। ঙাইহাক্কী মতুংদা ঐহাক অ্যান মাঙখ্রে, ঐগী নাকোংদা নাশোন পীক্লা তাখি। অনাবগী সেবারীশিংসু জাৎ-জাৎনি।

ঐ ইথন্তা শোনজে— "অস মহাওদো!"□

